খৃঃ ১৯৭০-৭১গী নিউ-সিটরেট একলুটেক্ষী লাইব্রিক কাম্পট্রিসদা
মরিতবা মনা কংবা।

# খোংথাং অমতদা

( সামাজিক নাটক )

ওঝা: এস: কাংজম

বীণা মন্দির

অইবগী ~~৫ পুবা~~ লাইরিক

Nehru University-Centre of Post-... Silchar

অফোওবাঃ —

শ্রীমতি ধনীশীজ দেবী
নাওরেমথোং,
ইম্ফাল।

লাই য়েকপাঃ—

এন,. মংলেম সিংহ
মালোম

য়োক শাবাঃ—

এটোম ব্রোস এণ্ড কোঃ
বাংখৈ।

১ বা থুংনম—ফেব্রুয়ারী, ১৯৭১

মশিঙ — ১,১০০

মমল— ৬ ০০

ওইকম থোকপা হক পুথা অইবগীনি।

KHONGTHANG AMATADA

( Drama )

I. S. KANGJAM,

Call No:—

ফংফমঃ—

বীণা মন্দির, নাওরেমথোং

পিঃ পিঃ ষ্টোর, জিরিবাম

অমসুং

ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং।

PRINTED AT The Mahabharat Printing works Imphal

# মীশক্ মীওই

## নিপাঃ—

১। শাজৌ : চহি ৬৩ রোম্ শুরবা খুলগী অহল্ অমা।
২। জুগোল্ : চহি ২২ রোম শুরবা পাখং, শাজৌগী মশুনিপা।
৩। রাবৈ : চহি ৪৪/৪৫ শুরবা জুগোল্গী মপা।
৪। তোমাল্ : „ „ „ রাবৈগী মরুপ্।
৫। চাওতোন্ : চহি ৫৮ রোম্ শুরবা খুলগী অহল্ অমা।
৬। কেশো : চহি ২১/২২ রোম্ শুরবা ভাওশিন্নবা পাখং অমা
খুলগী অহল মরি/মগা অমগা।

## নুপীঃ—

১। কেতুকী : চহি ১৭/১৮ লোম্ শুরবী খুন্গংগী নৈশাবী অমা
২। তমুবী : „ „ „ কেতুকীগী মমান্নবী।
৩। অহনবী : চহি ৫৮/৫৯ লোম্ শুরবী শাজৌগী নুপী।

---

* নাটক অসি কনাগুম্বনা শান্নবিগে খনবীব্রবদি শান্নবিব্রিভৈরা অইবগা হান্না উন্নবীহনা শান্নবা য়াগনি হায়বা "অয়া-চে" (পার্মিশন) অমা লৌবীয়ু।

—অইবা

# হায়জবা

"খোঙ্‌থাং অমতদা" হায়বা ঐগী নাটকী লাইরিক মচা অসি লাইরিক লাইশু খরা-খরা ইবা পাবা ঙম্লবা মীওইশিংগী ওইনা ইজখনি। লাইরিক অসি নিও-লিটরেটকী কম্পিটীশনদা থাগৎচরুবদা ইদুকেশন ডিপার্টমেন্টনা মরিশুবা মনা পীখিরকখি। মোরমনা লাইরিক ওইনা কোঙদোক্লবা শেলগী মতেং খরমু পীখিরকখি।

লাইরিক অসি য়াম্না চবা মওংদা ইজখনি। রাইট-রাতা লায়হনজ্রনা বনান ফাওবা অমত্তা তপশিল্লদনা য়াম্না লায়না পাবা থোক্লবা হায়জ্রনা মপাগী অচুবা বনান ফাওগা ওৎহোক্লুনা উচ্চারনতদা কোঙদোক্লবা হোৎনখে। খুদম ওইনা প্রায়শ্চিৎ হায়গদবদা থরাইচিং—অস্নুমা বেভার (ব্যবহার), ইসকুল (স্কুল), ইমং (ইম্ফং) অসিনচিংবা। মসিদা নত্তনা ইজখিবা নাটকী মওং অসিমু য়াম্না ইচম চম্না, মোরমনা থুঙং অমমু শেমগৎনবা হোৎনবদা চঙ্‌দবা য়াম্রবা থুঙ্গা অপুবা লিংখেল মাম্নবা অমদি হৌজিক্কী মতমদা সরকারনা য়াম্না কম্না মীৎয়েং চঙলক্লিবা অহল্লোমশিংবু লাইরিক হৈহনবা হোৎনবা অসিদা য়ুদ্দম ওইজনা ইজখনি। অসিগুম্বা মথলগী অচবা মওংদা ইজবা লাইরিক অসি লাইরিক লাইশু হৈরবা পাখিরিবা পাখিরিবীশিংদা ঙুংঙাইতবা অমদি হৈনদবা মওং অমা ওইবদি য়াই। অমুমু লাইরিক অসি লাইরিক-লাইশু খরা-খরতমক্ ইবা পাবা ঙবা মীশিংগী ওইনা ইখিবনা খোইদোক্না রারোবীরোই হায়না ঐনা আশা তৌই।

লাইরিক অসি ১৯৭০গী মে থাদা ইজখিখনি। ইদুকেসন ডিপার্টমেন্টকী মতেংতনা অমুক থুনা পুথোকচবা ঙমজখনি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মহাভারত প্রেসকী মী ওইশিং, ইদুকেসন ডিপার্টমেন্ট, মরুপ-মপাং খরা, মালোমদা লৈবা ঐগী মরুপ আর্টিষ্ট শ্রীএন, মংলেম সিংহ (লাই মেকপীরকপা) অমদি ব্লোক শাখিরকপা এটোম প্রোস এণ্ড কোঃ,—পুম্নমক অসিগী মতেংশিং অসি ঐনা পুক্নিংগী থাগৎলোই।

অরোইবদা ঐনা হায়জরি মতুদি ঐগী মচিক্ চাত্রবা লাইরিক মচা অসি সাহিত্য প্রেমী ওইবা মীতৈ ইরৈবাকনা পুম্নমক্না হরাওনা লাগত্ত তৌখিগনি।

১৫, কেঃ ১৯৭১ —আইঃ এসঃ কাংজম

# 'খোঙ্‌থাং অমতদা'

## অহানবা তাংকক্

### ১ বা উৎপা

### শাজোগী মুমঃ – মাংগোল

(শাজো খুলগী অহল্ অমনি। মাংগোলদা কমলগা পৈয়া শিরি। মনাক্তা ভানথকতি পান্দবা হিদাকফু অমা খিললি। হিদাক্ফুত্ত তোংজৈ পাললি।)

**শাজো**– (পৈয়া শিনা শিনা) অহনবী! তরিবরা অহনবী? হিদাক্‌তো ভানথক্ অমতগা হাল্লকখো। হংগেন্ খরা লৈরি। মুখিৎ তাদরিভে অসিদা লোইনবা শিদোক্লগে। পৈয়াসে খরা য়ামনা শিদবা য়ারোইদৌরি। য়ামনবু চঙ্গদৌরিবে। যুম্ সিমদি লোয়না মনা শিন্গে থল্লিদো। মমাঙ শঙ্গোয় অসিমু য়াঙ্তেক্ তেক্হৌদরবদি কুম্‌শি নোজু থাদি য়'ম্না য়ুদৌরিয়ে। আ–তারিবরা নংবো? হিদাক্ হায়বতুবু হাল্লিরবরা?

**অহনবী**– (ইমুংদগী) হাল্লি-হাললি, ভহাক্তমু মঙায়য়ু হায়বা। হায়বু হায়জিল্লক্লবদি পোরোক্ পোরোক্ নহা নংতরবনিনা অথুবা নংবদি ভমদরে।

**শাজো**– পঙ্শাও শাওজিল্লক্কমু। হাল্লিবরা হান্দবরা

হংবনি। শিরমদাই য়েৌরবসিদা নংসি চীন্‌কেন্ ওন্‌থোক্‌না ফগৎলক্‌লেদা।

অহন্‌বী— ( হিদাক্ ঙান্‌থক্ অমা পৃত্নুনা থোরক্‌লগা হিদাক্‌ফুদা পান্‌শিন্-পানশিন্‌না ) অহল্ ওইরবনিনা ঙম্‌দ্রে। মীরোল্‌নগা লৈতবনে, হনুবা নংনা অমা পঙঙাঙদা ঙাঙগল্‌লিবা। কান্‌নদে মপুবোক্, ইশু জুগোল্‌সে ময়ুম্ পাল্‌হল্‌নবা তৌরসি। মপা অঙাওবশিদি য়ু থক্‌পগা জুরার শান্‌নবগদা মচা ময়ুম্ পাল্ হলগনিকা খঙ্‌বী পোৎ নংতে। নং-ঐ লৈরিবৈঙেসিদা ইশু সিদদি নিংথিজনা ময়ুম্ মকৈ পাল্‌হনহনা লৈহন্‌সি। মানবু নিংথিজনা লৈহোরবদি ঐথোয় অনি শিরবস্থু খুয়া তুশিংলনি। শিদরিবৈঙেদস্থু ইশু মুপীত্নমা লৈরবদি খবক্ ইনথাংকাসু খরা কোম্‌গনিদনা। নৎতরাদি ঐ লৈশাবী মচা শাবসিদা ওনথোক্‌না ব্রারে।

শাজো— [ তোংজৈত্নু মচীন্‌না চুপ্‌লগা পোরোক্ পোরোক্ চিংত্নুনা ] ঐস্থু খন্‌বা কুইরবনি। মপাসিদি মপা হায়ত্নুনি। মচা অমা পেক্‌ই হায়বগীস্থু করিমত্তা খন্‌দরবা মসিনবু ইশুগী ময়ুন্ পানবগী ব্রা খন্‌লম্‌গদরা? অহুবু ইশুদস্থু অমুক্‌তং হংদোক্‌পনা কৈ। য়ানিংলম্‌দরবদি নম্-হাত্নুনা তৌবা হায়বদো ফংতে।

অহনবী— য়ানিংদরবস্থু থেম্‌গদৌরিবনি। হয়েং ঐথোয় শিখরগা করম্ তৌনি খঙ্‌বরা? অঙাংনিনা মথোঙ্ মরম্ খঙ্‌দরবদি ইমুং কাংথোং চাইনি। ঐথোয় লৈরিবৈঙেসিদা নিংথিজনা খঙ্‌দ হৈতবা তাক্ খোংতুনা তম্‌বীরম্‌গদবনি। মপুবোক্‌না

চৎথোক্পদা মরম্ ওক্পা মুপীমচাকা অহুক্ তাশিললকউ। হৌজিক্কী মতম্ অসিনমে অকবা মুপী থিগদবসিন্থু ফনা লুরে।

শাজৌ— মুপীমচাবুদি অমা লৈনে। নংনা পাম্দে হায়রবদি খঙ্দরে, ঐদি ফনা কৈ থল্লি।

অহনবী— মপুবোক্নবু ফরবদি কৈ কৈনো। কদাইরাইদগী মুপী মচানা? কনাগী মচানোনে?

শাজৌ— অথাপ্পক্পা নংতেদা। নক্মলল্লি হায়ত্রুনা নংনা পাম্দবগী রাদি খঙ্দরে। চাওতোন্গী মশুমুপী অমা লৈরিবসে মরমস্থ ফনা ওক্না উই, মশক্সু কাবক্ মকজৈ। অসিতুম্ ইশু-মুপী ওইশি হায়বরা?

অহনবী— হোয়নে মপুবোক্, কাবক্ চাওজরে অঙাংদো। ফনা ইঙন্সু উই। ইশু জুগোল্গী হায়রুবা রাই। মখোয়না নৌমল্লি থাঙখিরোই হায়রবদি খঙ্দরেকো।

শাজৌ— চহি তরামঙা তরাতরুক্তি মশুররিগনি। মপুবোক্ চাওতোন্দো ঐনা হায়রবদি মম্নাগনি। তৌবদাদ ঐখোয়গী ইশুদা হানন্না হংদোক্তদি মীগী মচাদু হানন্না হায়রুবা য়াদরি।

অহনবী— চুম্ই অহুবুদি। রাসি কোন্না ঙাঙনরসি, ঐ থবক্ খরা লোইথোক্লুখিগে।

শাজৌ— হোয়দা, হৌজিক্ হোরেলগী রা নংতে। কোন্না তপন্না নিংথিজনা খনন্নসি। ঐস্থ গুমিৎ তাদারিঙসিদা লৈরিবা

হৃংগেন্ সিদদি লোইনা শিদোক্পা শুম্বরা য়েংগে।

(অহন্বী ইমুংদা চঙ্থি। শাজো হিদাক্ চিংনা চিংনা পৈয়া শি। মশুনিপা জুগোল্ মপাল্লোম্দগী লাকই।)

**জুগোল্**— ইপুবোক!

**শাজো**— ইশু হুল্লক্লবরা? নক্ষি নরোল্ হেংদোক্লুরো। য়ার রিনি, ওহাক্ পোংথাও। নংনা চৎলুবা থবক্তুদি মহে য়াল্লক্লবরা?

**জুগোল্**— মহে য়ান্বা য়াই ইপুবোক্। অহুগা ইপুবোক্তা য়া অমতগা হায়জগে।

**শাজো**— করি য়ানো হায়য়ুনে?

**জুগোল্**— ঐখোয়গী মমাঙ্ শঙগোয় অসে ঐ থবক্ শীজিন্নরগে।

**শাজো**— করি থবক্ তৌগে হায়রিবনো? চাইরিবসি কা অমা শংদোক্লগা শীজিন্নো।

**জুগোল্**— কা অমতা নংতে ইপুবোক্। শঙগোয় অসিমা শীজিন্নগদৌরিবনি:

**শাজো**— অহুদি কদায়দগী ইবুংডো। পোৎ চৈ অমুক্ য়াম্না থম্নরিবসিদি। ইশু য়াম্না পৈরি। চাইরিবা ময়াম্সি কদায়দা লোইশিন্খিনি?

**জুগোল্**— শীজিন্নদবা য়াদরবনি ইপুবোক! চাইরিবা পোৎ চৈশিংসে মনিংদরা ময়াদরা লোইশিন্খিবা তারে। ই অসিদি কুপ্সু কুপ্নরগদবনি। শুমাঙ্ মচাদা মতম্ থরা থমলবসু য়াই

শাজো– তৌগদৌরিবা থবক্প্ করিনোনে ইবুংঙো? মরমতুদদি থঙহল্লুদনা ইপুদা।

জ.গোল্– ইপুবোক্, ইসকুল্ (স্কুল্) ওইনগে তৌবনি।

শাজো– ইসকুল্ হায়রবু নখোয়গী অঙাংসিং লাইরিক্ তম্হনবা শঙ্ মচাহু নৎতরনে?

জ.গোল্– মান্নি ইপুবোক্, মতুংগুম্বা ওইনগে তৌবনি।

শাজো– ইসকুল্ লৈরিবসিদি?

জ.গোল– লৈরিবা অসিদি ঐখোয়গী খুল্গীনু নৎতনা।মীগী খুল্দা লৈবনি।

শাজো– নৎতে ইবুংঙো, নংনা হায়রিসিবু মখোয়গী খুল্গী ইসকুল্সিদা ঐখোয়গী খুল্সিগী অঙাং লাইরিক তম্বা য়াদে হায়রবরা?

জ.গোল – অহুদি হায়দে, হায়বগী মতিক্নু লৈতে। সরকারগী ইসকুল্নি।

শাজো– অহুদি জুগোল্, ঐখোয়গী খুল্গী অঙাংসিংসে লৈরিবা ইসকুল্সিদা অহুম্ তম্জসনু। শঙগোয়সিদা অমুক্ ওইশিল্লগা য়াই চিন্নবা, লাঙনবনি।

জ.গোল্– মখোয়গী খুল্গীনু লৈজসনু, ঐখোয়গী খুল্গীনু লিংগদৌরিবনি।

শাজো– খুল্ খুদিঙগী ইসকুল্ লৈরগা করি কান্নগদৌরিবনো?

জ.গোল্– কান্নদবদি হায়রুগমু ইপুবোক্, ঐখোয়গী খুল্সিদা ইসকুল্ তমা লৈরবদি ঐখোয়গী খুল্ অসিগী য়ামনা কান্নগনি। মীগী খুল্ তান্না চৎপা ঙম্দবা অপিকপা

অঙাংশিংশে ঐখোয়গী খুল্সিদা ইসকুল্ লৈরবদি নৌনা লাইবিক্ তম্গনিদনা। লাইরিক্ তম্দনা লৈরিবা অঙাং-শিংগীসু নমতুনা লাইরিক্ তম্হনগনি। য়াম্নমক তমবা ঙম্দরবসু খরা খরদং তম্হনা মশিং ইবা ফাওবদা ওইরবসু হৈজরবদি কান্নৈদনা ?

শাজো— অদু ঙইরগা মীগী লৈরিবা অসিগুম্না ঐখোয়গী খুল্গীসু লন্হ্ংদা শাজনি মরাইনা। ঐখোয়গী শংগোয়সিদা অমুক্ চরাঙ-চারাঙ করি কান্নগদগে ?

জ্গোল্— লম্হাংদা কনানা শাবিগনি ?

শাজো— সরকারনা শাই হায়বদাইনে ? সরকারদা হায়রগা মরাইনা শাজনি।

জ্গোল্— ইপুবোক্ সরকারদি শাবিয়ু হায়রগা হেক্তা শাবিগদবা নৎতে। হান্না খুন্জা ঐখোয়না রাগা চক্লগতনা ওইরবসু শাজগদবনি। ইসকুল্ অদু চাওখৎনবা খুন্জা ঐখোয়না হোৎনজগদবনি। হৌজিকনা শাবা ঙম্দরিঙৈসিদা ঐখোয়গী শংগোয়সিদা ওইনগে তৌবনি।

শাজো— অদুদা জ্গোল্, ইপুনা হায়বদি অঙাং ঙাক্তনিনা রাই-মুং ইচাই চাইনি, ইংখোল্দা য়েন্শাং মপান্বী অমা ফাওবা হৌবা ঙম্লোই।

জ্গোল্— ইপুবোক্ ঐখোয়গী ইংখোলগী মনা মশিং মপান্বী খরা মাঙ্বা, অমদি রাই চাইগনি মুংশা থৌহ্না খুন্জা পুম্নমক্কী খুদোংচাবা ফংগদবা অসে মাঙ্হন্বদি ফৎতে।

নত্তুনা থনজরিবদি অঙাংশিংদা নৎতনা ইপুবোক্‌খোয়নচিংবা অহল্‌লোন্‌শিংসু নুমিদাংরাইরম্‌লা করিনো অশংবা মতম্‌দা তম্‌হনগে খল্লি।

শাজো— করি হায়বা জুগোল্‌ ? ইমং ইখুৎনা লাম্‌বা কংলধা হয়বা ঐখোয়না লাইরিক তম্‌লগা করি কান্‌নগদৌরিবা ? নৎতে, নংগী মবেন্‌বোক্‌ অসিবু হৌজিকপু লাইরিক্‌ তম্‌হল্‌লগা করিনো তৌগদৌরবাসিবু ?

জুগোল্‌— রাখল্‌ লান্‌না থন্‌বীগনু ইপুবোক্‌। মীওইবগী পুন্‌সিদা হেক্‌ শিদরিকাওবা তম্‌বগী লোইবা নাইবা লৈতে। অহল্‌ ওইরে হায়তুনা তম্‌লোইদবা নৎতে। ইপুবোক্‌খোয় অবোক্‌ খোয়সু মমাংদৈদা তম্‌হৌদরবস্থ হৌজিক্‌ তম্‌গদবনি। মিংতা ওইরবস্থ ইবা হৈনবা হোৎনদবনি।

শাজো— ইবুংঙো নংগীসি ওইদবা ঙাক্‌তনি। কনাগুম্‌বা অহল্‌ অমতা য়ারোই। লৌ-শিঙ্‌ রনা শূক্ররগা ঙহাক্‌ পোৎথাহনা মচা-মশুশিং য়েংজররগা পেন্‌জরবা খুল্‌গী অহল্‌শিংসিবু হৌজিক্‌ পু লাইরিক্‌ তম্‌উ হায়রবদি ইশি শিনা নোক্‌কনি। বুধি (বুদ্ধী) লৌশিংসু লোইনা ফক্‌চিল্‌লবা তম্‌মম্‌দাইদা পাল্‌ লৌবা তাগনিদা।

জুগোল্‌— অহুম্‌না থল্‌লবদি কদায়দগী লৈবাক্‌ অসে চাওখংপা য়ারগদগে

জুগোল— ইপুবোক্‌, তম্‌বু তম্‌লবদি শা উচেক্‌ ফাওবা হৈরি বাসিদি। তেনরানা মীরোল্‌ লোল্‌লিবসিবু তম্‌দরবদি করম্‌না

লোল্‌গদৌরিবনো ? ঐনা হায়বা থাজবীয়ু ইপুবোক্‌। হৌজিক্‌ তিনে ইপুবোক্‌খোয়গুম্‌বা অহল্‌সু লাইরিক্‌ তম্‌দবা য়াদরবনি। সরকারনা হৌজিক্‌ অহল্‌শিংবু লাইরিক্‌ তম্‌বীনবগী থবক্‌ কন্‌না প্‌ায়থৎলক্‌লবনি। লাইরিক্‌ লাইশু ফাওবা লেম্‌না পীরককনি। ইপুবোক্‌না কান্‌নরোই খল্‌লিবদো, অদুগুম্‌না ভারততা লৈবা অহল্‌লোন্‌শিং অম্নাম্‌বনা খল্‌লি। অদুবু তম্‌লবা মতম্‌দদা কান্‌নবা খঙ্‌লকই। ইপুবোক্‌নচিংবা ঐখোয়গী খুল্‌গী খুনজাশিং অসিসু তম্‌লবা মতম্‌দদা মসিগী কান্‌নবা খঙ্‌লককনি। খুবা সোই ভৌবগী মহুৎতা মিং টবা হৈবদদা ইপুবোক্‌না ইরায় লায়না নশু ঐনা হোৎনজমনগী কান্‌নবদো অসিনি হায়বা খঙ্‌বীগনি। মসিনা ঐগী কান্‌নবা নৎতে। হৈরিবা মী মশাগী কান্‌নবনি; লৈকাইগী, খুল্‌গী, দেশকী কান্‌নবনি।

শাজো— করেনে অদুবদি, তম্‌বীনবা ওজাদি কনা কনা লৈরে ?

জ্‌গোল্‌— ঐখোয়গী খুল্‌সিদদি লাইরিক্‌-লাইশু তৈবা কনাসু লৈতবনিনা নশু ঐনা অসুম্‌ হোৎনজবা তাই।

শাজো— থংনবা খুল্‌গী ইসকুল্‌ অসিগীদি আ ইম্‌ফালদগী ওজা অমা লাকপদাই ?

জুগোল্‌— মখোয়গী ইসকুল অসিদি সরকারনা লৌরবনিনা সরকারনা থারকপা ওজানি।

শাজো— ঐখোয়গী মংনা তোগে হায়রিবসিদি সরকারনা লৌরোইদবা ?

জ্গোল্— কোন্না মরাইনা লৌজররুকনি ইপুবোক্। খুনজা অপূম্বসিনা থল্লায় য়াওনা হোৎনরবদি সরকারনস্থ শোম্নদনা মতেং পীরক্কনি।

শাজৌ— অদুগা ইবুংঙো, নংনা হোৎনজবগীদি কয়াম্ কংনি?

জ্গোল্— কদায়দগী কংবনোনে ইপুবোক্। কংবদি হায়রুগনু, ঐনচুম্ পুথোক্কদৌরিবনি।

শাজৌ— করিনোনে নংনা হায়রিসিবো জ্গোল্? লাইরিক্সিবু নংনা তম্বীগদবা নৎত্তরা?

জ্গোল্— মান্নি, ঐ নৎতদি কনাস্থ লৈতে।

শাজৌ— অদুদি ওজা হায়বদুনিনে? ওজা ওইবসিবু তলব কংবগুম্ তৌবদাই?

জ্গোল্— ওজা ওইববুদি তলব কংঙি। অদুবু ঐদি কংলোইয়ে।

শাজৌ— অদুদি নংনা তৌদৌরিসি ওজা নংত্তবোইরে?

জ্গোল্— ওজাবুদি ওজানি, অদু ওইরবস্থ ঐদি কংলোই। সরকারগী নৎতবনিনা তলব কনানা পীবিগনি।

শাজৌ— অদুদি তোক্ও, কান্নদে।

জ্গোল্— করিগী ইপুবোক্?

শাজৌ— তলব কংলোইদৌবা ওইরবদি কৈদৌননি? য়াম্দরবদা নংবু নথোয়গী মেতরিক (মেট্রিক) হায়বদু পাস তৌরবনি। শেল্ কংগদবা থবক্ অমা তৌ। নংগী অয়ুক্না অঙাং হুংথিল্না অহল্, শেলস্থ পৈশা অঙাংবী অমতা কংলোইদবা, কংবদি লায়রহুনা নংনম্ পুথোক্কনি হায়বা। কান্নদে শেলস্থ তিংবা

মতম্সু মাঙ্বা ইশাগী থবক্ শীজিন্নগদবা শংগোয় অসিসু ইসকুল্নি হায়রতুনা লম্ কন্শিনহুনা থম্বা,কান্নকম মচেৎ অমা ফাওবা ফংলোইদবা থবক্তো ইপু পাম্দে। তৌ-লাক্কসু জুগোল্।

জুগোল – ইপুবোক্, নগুনা হোৎনজগে থল্লিবসে কান্নবা ফল ফংলোই থনজীগসু। মাঙ্গদৌরিবা মতম্, তিংগদৌরিবা শেল্, লম্ কনগদৌরিবা ঐখোয়গী শংগোয় খুল্ অসিগী চাওখৎনবগীদমক্তনি। খুল্গী চাওখৎলগা ঐখোয়গী চাওখৎপনি। ঐখোয়না চাওখৎলগা দেশকী চাওখৎপনি। দেশকী সেবা তৌবদবু অমাঙ-অতোং থিবা য়াবরা ?

শাজো – নংবু দেশ-সেবা পাম্বরনে জুগোল ? নং অসে ওনথোক্লা পঙথরে। ভোট লেপ্লগা কম্ মুন্নহুনা তৌরিবা দেশ সেবা অসিবু করি কান্নবগে ?

জুগোল্ - মহুগী মতৌ অহুদি ইপুবোক, নশু ঐদি দেশ সেবানি হায়নিংদে ; রাজনীতি ললোন্বনি। ঐনা দেশ সেবা হায়জবদি লৈবাক্কী পরজা [প্রজা] মীয়াম্গী কান্নবা তৌবা অহুবুনি।

শাজো – অহু ওইরবসু জুগোল, ইপূদি নংগী থবক্সি ইপাম্ পাম্দে।

জুগোল্ – মহু হায়বীগসু ইপুবোক্। নগুনা তৌনিংঙিব থবক্তি ইসকূল্ অসিদা নৎতে। ঐখোয়গী খুল্গী লৈরিবা পুখরি অসিসু শেম্নবা সোরোক্ অচৌবা য়োৌবা ফাওবা চৎলিবা লম্গী

অসিমু নোংজুথাদা লৈখোম খোকলিবসি ফনবা, অদুগা খুল অসিগী শা-শল্‌শিংগী মশা ফনবনচিংবসু হীরম্ কয়া অসিদা থবক্ প্যায়থৎকে নিংজরিবনি। পূম্‌নমক্ অসে ইতোম্‌তনা ঙম্‌বা নৎতে। খুনজা অপূম্‌বনা অমতা ওইনা লিংজেন্ মান্ননা হোৎনরগতদা পূম্‌নমক ওইবা ঙম্‌গদৌরিবনি। অদুনা ইপুবোক্‌না নগুগী থবক্ অসি থিংঝিবগী মহুৎতা কৈরোল্ লৈকাইগী ইপা ইপুশিংদা চৎতুনা লাইরিক্ তম্‌শি, অদু তৌসি অদা তৌসি হায়না খরত্তুম্ হৌবিয়ু।

শাজৌ—ঐবুসু তম্‌উ হায়রিবরনে ?

জ্‌গোল্—তম্‌গদবনি ইপুবোক্, মীঙোন্‌দগী শেল্ পূবদা, করিগুম্‌বা অমা লৈবা য়োন্‌বা তৌবদা মিং ইবা হৈতদুনা খুবিদা মুক্ তৈশিল্লগা সোই তৌবদুবু মুংঙাইবরা ? চেদুদা করি ইরি হায়বদু খঙদ্রে। য়াম্‌দরবদা থরা থরতা ওইরবসু ইবা পাবা ঙম্‌নবা তম্‌গদবনি। মসিদা ইপুবোক্, অহল্ ওইরে হায়দুনা ইকাইনিংঙাই করিসু লৈতে।

শাজৌ— খঙদ্রেনে জুগোল্ নংগী থবক্‌সে। নশাগী কান্নবসু অমতা নৎতে।

জ্‌গোল্— ইপুবোক্, খুল অসিগী চাওখৎলগা ঐগী চাওখৎপনি। খুলগী কান্নবনা ঐগী কান্নবনি। শোংথহৌরবা ঐখোয়গী খুল্ অসে খুব্জা ঐখোয়না হোৎনজদুনা চাওখৎপগী লম্‌বীদা চৎপা ঙম্‌নবা তৌজগদবনি। খুনজা ঐখোয়নবু হোৎনদরবদি সরকারদি করিসু খঙবীরোই। সরকারদি ঐখোয়না হোৎন-

রগতা মচুদা মতেং পীরক্কদোবনি। খুনজা পুম্নমক্না অমতা ওইনা হোৎনতুনা ফজনা পুখৎসবদি লিংখৎকদোরিবা ইসকুল, অসি মতম্ থরগী মতুংদা সরকারনা লৌশিনখিনি, অহৈবা ওজাস্তু থারক্কনি। লম্বী শেমবগী মুং থানবা শেলস্তু পীরক্কনি। পুথরাগী শম্বল্ খানবা, শীড়ি চন্নবা মতেংস্তু পীরক্কনি। পুম্নমক খুল্‌সিদা লৈবা খুনগা ঐখোয়দা লৈরে। ঐখোয়নবু থব্রায় য়াওদরবদি হৌরক্লিবা অঙাংশিং লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈররোই। চহি খুদিংগী লম্বী লৈখোম্ থোক্কনি। খুলগী পুখরী অাস হুপ্‌লাংনা অসুম্ কূপশিনতুনা লৈরনি। অসুম্নবু তৌরবদি ঐখোয়গী খুল্ অসে চাওখৎপগী মহুৎতা অমম্বা লৈচিন্না অসুন্ কূপতুনা লৈরনি।

শাজৌ— হোয় হোয়, নংনা নথরায়না মপাম্লবদি তৌরো।

জুগোল্— অদুগা ইপুবোক্, শংগোয় অসে য়াম্না হোরে। নোং লাক্তরিঙৈদা য়াঙ্তেক্ খরা তেক্‌শিনরবা তৌবিয়ু।

শাজৌ— হোয়, শংগোয় অসিগী য়াঙ্তেক্স্তু তেক্কদোরিবনি। য়ুম অসিস্তু মনা শিনদ্রবা য়াদরবনি।

(রাবৈ য়ু ভাওরি ভাওরি তৌনা লাক্তই। মহাক্ লমচং চুম্দবা য়ু য়াম্না থক্‌পা জুরায় শান্নবা নিপা অমনি।)

রাবৈ— ইকুবোক্পু! (খুরুম্‌ই।)

শাজৌ— অতো, করিনো নংনা লাক্থোক্তনা লাক্পবু?

রাবৈ— ইবুংঙো উন্নগে লাক্পনি ইকুবোক্।

জ্ুগোল্— করি মরম্গীনো পাজী ?
রাবৈ – এঃ লৈ ইপা-ইচা রা ভাঙ্নগদবা।
জ্ুগোল্— করি হায়বিগদবা নচাদা ?
রাবৈ— ইপা হন্দক্ শেল্ থরা চিল্লি। নঙোন্দগী শেল্ থরা লৌগে লাক্পনি।
জ্ুগোল্ – কয়াম্ য়ামবা শেল্নো ? নচাগী শেল্বু অমতা লৈজদে।
রাবৈ – অরৈবা থরা পীয়্। য়ারগনা লুপা কুন্ কুন্থরামুক পীগে হায়বরা ?
জুগোল্— লুপা কুন্ কুন্থরাদি লৈজদে। নচাগী থরচ ওইনবা লুপা মঙাদং লৈজৈ। সি ওইনা পুবিখো।
(ফুরিৎখাওদগী লৌপোক্তুনা পীগে তৌই।)
শাজো— জুগোল্ !
জ্ুগোল্— ইপুবোক্ !
শাজো— কনাদনো নংনা পীগদৌরিবা শেলদো ?
জ্ুগোল্— পাজীদা।
শাজো— পাজী হায়বদি ? ওক্তবা শা অসিবু নংগী নপারা ? মঙোন্দা শেল পিবা য়াদে।
রাবৈ— ইকুবোক্তগী লৌজবা নংতে। ইচাদগী লৌজবনি।
শাজো — নচা হায়বদি ? নংবু নচা মুংশিবা খঙ্লিবরা ?
রাবৈ— জুগোল্ অসে ঐনা পোক্চবা ইচানি। কক্পম্ব ভম্লোই-দবা মপা-মচাগী মরী অসে ইকুবোক্না কক্থৎপীগে হোৎনবীরিবরা ?

শাজো— রাবৈ, নতু-নচাগী মরীদি নং নশানা করুথৎচবনি। পোক্-পদগী ভসি কাওবদা ওইরিবা জুগোল্গী ফিভম—পাখং কাহনা মেতরিক্ কাওবা তম্জল্লিবা অসিদা মপা ওইবা নহাক্কী পৈশা অভাংবা অমতং, চেং মরূ অমতং য়াওবরা? ইচাল্পীগী ঐনা উন্‌খিবা পোৎ-চৈ শন মপী মচা কদায়দা চংখরে? ঙম্ন-মক্‌ নংনা জুব্রারদা থাদোক্খিবা নৎতরা? মশা ব্রাই শংদরবী মুপীবু অইঙবা লৈমায়দা ফি থাহনা হিপহল্লগা কাংখোল্বু জুব্রারদা থাদোক্পা ঙম্বা নংবু করমবা মীনো?

রাবৈ— ইকুবোক্না অদুক কুপ্‌না য়েংশিনক্রম্-ভাঙক্রম্ থোক্তে। ঐগী মুপীগী মপোৎ-মচৈদি ঐগী ইপোৎনি।

শাজো— মপোৎ মচৈবুদি নংগীনি মহায়বা; অদুগা মশাবুনা করিম্ থওইনা তৌবিদবা। নহাক্কী ফৎতরবা নরমচৎ অদুনা নৌনা ইচাগী মপুন্সি কেম্থরিবনি। ইচা অদুনা শিরম্-দাইদা নংবু উননিংহনা হায়বা মতম্দা নহাক্না য়ু ভাওরগা জুব্রার শান্নহনা লৈথোক্পা ঙম্বা নৎতরা? শোরাং শোলম্দা ইদম্ম য়ু ভাওশিন্নরগা পৈশা মরি ফাওবা হাপ্‌তবা, পীক্লিবা নচাবু হন্না ফাওবা য়েংদবা। অদুগা ভসি চাওরহনা মপান চারম্দাই মতম্দা নচানি হায়না নিংশিংলক্লবরা?

রাবৈ— হোৎখরবা পুরান্ ফাক্কৎপীহনা তুকা থীবিয়ু হায়না ইকু-বোক্তা হায়জবা লাক্পা নৎতে। ঐদি ঐগী ইচা উন্নবা লাক্পনি।

শাজো— উন্নগদবা উন্নরো, ভাঙনগদবা ভাঙনরো। শেল্ থুম্

লৌবগী ম্নাফম্দি শুকয়া ম্নারোই। জুগোল্ ঙসি ফাওবদা পৈশা অভাংবী অমা ফাওবা তান্দরি। মঙোন্দা লৈরিবা শেল্ অসিদি ঐনা ইশুগী থরচকোদমক্ পীবনি। নহাক্কী জুরার শান্ননবা, য়ু থক্নবা নৎতে।

রাবৈ— অহল্নি হায়রহনস্থু মী অমনা মী অমদা ভাঙ্গদবা রা—।

শাজো— নংবু মীরা? নহাক্তি লম্চৎ নাইদবা মীমুংশি লৈতবা শানি! মখোঙ্ অনি পান্বা শা!

রাবৈ—জুগোল্, নংবু পোক্পা নপাবু অথীবা মীচৈ অসি তাহনা কয়াম্ কুইনা মফম্ অসিদা লৈহন্থিদোরি? শেল্ পীগেরা? পীরোই-রা? পীগদবা ওইরবদি পরপ্ পরপ পীরো, ঐ চৎথরগে।

জুগোল্— ইপুবোক্।

শাজো— ঐনা পীবা য়াদে হায়রিবসিনি জুগোল্।

রাবৈ— জুগোল্, নপুবোক্ হমুবা অসিনা লুবরা? নৎতরগা অপোক্পা নপা ঐনা লুবরা?

শাজো— ঐগী ইশুদা রা হংগমু। ফংলরোইদবা শেল্ করিগী মীকারিবনো? কান্নক্ম থঙ্না শীজিন্নগদবা ওইরবদি প্‌রবসু লঙ্লবসু নংনা পীয়ু হায়বা শেল্ পীগে। অদুদি নৎতহনা য়ু থক্নবা, জুরার শান্ননবা শেল্দি শুক্লৈ লৈতে। চৎখ্রো চৎলো।

রাবৈ— করিগুম্বা চৎতরবদি করি তৌবিগে হায়বা?

শাজো— অদুদি নমায় পান্দবা শাগী লম্চৎনি। থুনা চৎখরো

চৎলু। নৎতরবদি হংগেন্ অসিনা ক্ষদরৎ ক্ষদরৎ কনহুনা তাননি।

রাবৈ— কৈ, চৎলে। জুগোল্, ঙসি নংনা অপোক্পা নপা ঐবু মীরায়বনিকো।

( রাবৈ শাওনা চৎখি,। জুগোল্, তঙক্ তঙক্ য়েংহুনা লৈহৌই। )

শাজৌ— জুগোল্ নপুক্নিং হুংঙাইতবা ভৌগনু। নহাক্কী নপা অসে ওনথোক্না ওকখিদরে। মঙোন্দা শেল্ পীবদি অপাৎপদা হয়িং থাজিন্বনি। নহাকনা পাম্লিবা খুল্সিগী চাওখৎনবা হায়বদো মহুদা নথব্রায় য়াওনা হোংনৌ। ইপুনা নংগী চঙগদবা শেল্ পুথোককনি।

জুগোল্— নঙগী ইরাইবক্ ফবনি।

( জুগোল্ তুমিন ইমুংদা চঙখি। )

থাওমৈ মুৎপা

---

# ২ শুবা উৎপা

## লমবী

(কেতুকী অমসুং তমূবী খুল্গী লৈশাবীনি। মখোয় অনি সনাবুন্ অমমম্ পায়রগা ৱারী শানা শানা ঈশিং শোক্পা চৎলি।)

তমূবী— কেতুকী, তামো জুগোল্সে য়াম্না কৎতরা ?

কেতূকী— করিব ?

তমূবী— য়েংডুদনা মানা তৌরক্লিবসে। ঐখোয়গী পুখরী অচৌবসে অকোয়বা শম্বল্ খাজিল্লে। শা-শল্ চডবা ডম্দরে। ঈশিংসু লূরে। পোংগরাগী মহুৎতা করিনোমসু শানি হায়রে। নংকা য়াম্না পৈরিবদু মতুগী ওইরমান্নে।

কেতকী— মী থরনদি তামোনা তৌরিবসে য়াদে। থরনা মথৌ লৈতবা অভাওবগী থৌদৌনি হায়রে।

তমূবী— কেতুকী, নংদি তামোনা তৌরিবসে কৈ খন্বরা ? কৎতে খন্বরা ?

কেতূকী— কৈনা। পুখরীগী শম্বল্ খারিবকাসে কৎতরনে ? নোংজুথাদা লৈখোম্ য়াম্না থোক্পা লমবী অচৌবসে হুং থানিসু হায়বগুম্ তৌই।

তমূবী - হোয়নে কেতুকী। মসিগী লম্বীসিদা হুং থাহুনা লৈখোম্ থোক্তরবদি কগনিদা। চৎতবদি য়াদ, নোংজুথাদা খুকউ য়োবদো ওনথোকনা তনদরা ?

কেতূকী— অহুদনে তমুবী, ঐখোয়গী খুলগী মীশিংসে মবুক্ কৎতবা য়াওই। খুল্ অসিগী অহুক্ ফনবা তৌরিবা তামোসিবু মশাগী ওইজবা তাল্লিকাসু হায়বীরে।

**তমুবী**— অহুবুদি কেতুকী, অমনা তৌবা থবক্তা অমনা থানদবা, য়েংশিন্বা হায়বসে মীওইবগী হৌনবী ওইরমান্নে।

**কেতুকী**— অওইনি, মীশিংসি ওনথোক্না ফংনখিদরেদা। অফবা থবক্তবু য়েংপস্থ হেক্তা য়াওই।

**তমুবী**— অয়েংপা মীশিংসে ওন্থোক্না মুংশিখিদরে। তামো জুগো-ল্না মশাগী করিমতা থন্দবমথৈ হোংনরিবসে করিমতা খঙ্দে। মশাগী শংগোয় ফাওবা থাংদোক্তুনা অঙাংশিং লাইরিক্ তম্বীরি। মপোং মচৈ, শেল্ অমদি মশাগী মতম্ মাঙ্বা মথৈ লৈকাই অসিগী থবক্ তৌরিবা মীসিবু করম্না ফংতরিবনো খঙ্দ্রে।

**কেতুকী**— মী ফংতবা হায়বহুনি তমুবী।

**তমুবী**— অহুগনে কেতুকী, তামো জুগোল্ননে সনধ্যা (সান্ধ্যা) রাইদনে ঐখোয় ইপুবোক্হোয়কা হন্নুবা থরম্থ লাইরিক তম্বী।

**কেতুকী**— ঐখোয় ইপুবোক্তি তমমু য়াদে। শিরম্দাইসিদা করি কান্নগনো হায়রে।

**তমুবী**— ঐখোয় ইপুবোক্তি করি করিনোকাসু ইবা হৈরে। ঐস্থ হৈনিংঙিবো কেতুকী। নংদি হৈনিংদরা?

**কেতুকী**— হৈবুদি হৈনিংঙি। অহুদা তমুবী, মুপীগীদি তৌদমান্নে।

**তমুবী**— তামো জুগোলদা ঐখোয় মুপীসু থরা তম্বীয়ু হায়রবদি য়াবা য়াইনা। মহুদি নংনা হায়রগা য়ানি। নংনা থরা খঙ্নবা হেন্বনিনা।

কেতুকী— করিনোনে তমুবী, খরা খঙ্‌নবা হেন্‌বা হায়রিবহৌবু ? নংদি খঙ্‌নদরা ? হায়বগী রাদি নংনা হায়বস্ম ঐনা হায়বস্তু অম্‌হানি।

তমুবী— অতু ওইরবস্তু ইবেম্‌মা, নংনা হায়বনা খিং মফেয়ে। নংনা মরী-মতা, ঐনা মীতোপ্‌।

কেতুকী— কদায়দগী মরী-মতানোনে তমুবী নংনা হায়রিসিবু ? পোকমিন্‌বা ইবুংস্তু নংতবা। চুম্‌না লৈকাইগী ইবুং অমনি হায়বগী রাদনি। নংস্তু ঐস্তু চপ মাননৈ।

তমুবী— হায়নুকো কেতুকী ; রা লোৎপা ফৎতে। খঙঙরোইদবোই নিংবরো ?

কেতুকী— নংনা খঙডিববু করিনো ঐদি নডোনদা কৃরিমত্তা লোংতেনা

তমুবী— হোয়নে ইবেম্‌মা, লোংতে। মৈবু কিনা কুপতুনা থম্‌বা য়াবদোনা। মী খুদিঙমকনা খঙনরবদা।

কেতুকী— তমুবী, ঐগী মরম্‌দা মীনা করি খঙনরবগে ? ঐদি নংনা হায়রিবদো কৃরিমতা খঙবা ঙম্‌দরে।

তমুবী— মীনা খঙলোই হায়না খঙদরবদবু কদায়দগী খঙগদগে ? হো ইবেম্‌মা, নংগা তামো জুগোল্‌গসে মরী হায়বহৌবু থদংনবা য়াররোইদবা মরীনি হায়য়ে।

কেতুকী— ( মুংশা থীরপ্‌তোনা ) তমুবী, কনা কনা খঙ্‌ভে ? কনানা হায়রিবনো ?

তমুবী— ইঃ মহৌবু খঙ্‌দবা মী লৈরিবরা ? মীনা নখোয় অনিগী মরম্‌দা করি ঙাঙ্‌নৈ খঙ্‌বরা ?

কেতুকী— করি-করি ঙাঙ্‌নরবগে ?

তম্‌বী— অহুবু নঙোন্দা পাক্‌ হেক তম্‌বা য়াবরা ? ঙাইথো, অচুম্বরনে মীনা হায়্‌নরিবসিবো ?

কেতুকী— কদায়দগীনোদা তমুবী, মীনা কল্‌লক্‌ য়েংথিহুনা পঞ্চহায় হায়জিনবীবা ওইরিনি। করিনো মীনা ঐবু ঙাঙ্‌নরিবহুবো ?

তম্‌বী— থজিক্‌ থরাক্‌তা নংতে, য়াম্‌না থীনা ঙাঙ্‌নথরবা জাংনি। নখোয় অনিগী রাসে ঐঙোন্‌দা অচুম্বা হায়দোকতরবদি ঐদি শুক্‌তম্‌ তম্‌লোই।

কেতুকী·· মীনা ঐবু কয়াম্‌ থীনা করি হায়না ঙাঙনরবগে তমুবী ?

তম্‌বী— নংতে কেতুকী, নখোয় অনিগীসিবু অচুম্বরা ? লুনা তিননরিবী ঐঙোনদা ফাওবা হেক তাকনিংদবোই ইবেম্‌মা।

কেতুকী— তমুবী, মতম্‌গী ঈচেল্‌ হায়বসে থঙবা ঙম্‌হৌদে। ঐনা তামোবু নুংশিরুরে। অহুবু করম্‌না নুংশিরুরিবনো হায়বদি ঐ থঙদে।

তম্‌বী— ইঃ ঙনথোকনা ঙম্‌লেদকো কেতুকী নংসে। হৌদোং তুমিনবা লৈবনা চক্কু ঙম্মী হায়বহু ইবেম্‌মা নং তোরেহে।

কেতুকী— তমুবী, থমোয়নুংদগী হৌরকপা ঈফুংপু করম্‌না থিংবা ঙম্‌গদগে। খুল্‌গী ইবুং অমনি থঙনা-থঙনা ঐগী থমো-য়সে খাম্‌বা ঙম্‌হৌদরে। অহুগা তামোনসু —।

তম্‌বী— থঙলে ইবেন্‌মা, নুপীসু নিপাসু মোননা শেংগাও লাকপা ঙাকতা।

কেতুকি— হায়য়ু তমুবী, মীনা ঐখোয়বু কয়াম্‌ থীনা ঙাঙ্‌নরে ?

করি করি হায়রবগে ?

তম্বী— করিস্থ হায়নদেদা।

কেতকী— হায়দোকউহায় তমুবী, করি করি ভাঙনরবগে ?

তম্বী— অওইবনি কেতুকী, কনানস্থ করিস্থ ভাঙনদে। অ-খঙবস্থ থোইনা য়াওদেদা। ঐনা নঙোনদা মুংঙাইদুনা লঙনবনি।

কেতকী— ইবেমমা, হিংচাবী নংসে ওনথোক্না ঙম্মেদা। অওই-বস্থ নংতনা মীগী থমোয় কয়া য়াহল্লে।

তম্বী— (নোক্লদুনা) অদুনা ইবেম্মা, থমোয় য়াহন্দনবা নতোম্তা তুমিন্ তুমিন্ তৌগস্থ। ঐবুস্থ থরা থরা খঙহল্লু।

(কেশো কেতুকীগা তমুবীগনা চৎকদবা লম্বী অদোম্দগী লাকই। লাইরিক লাইশু হৈতবা থবক্-ইন্খাংকা অমত্তা তৌদবা ডাওশিন্নদুনতা লৈবা থুলগী পাখং মচা অমনি।)

কেশো— লৈনম্ নম্মী হায়দুনা কোয়থি থিরকপসিদি অসরায়দা শাৎলম্মেদনা ?

তমুবী— করি লৈনোনে তা-কেশো ?

কেশো— ইবেম্মা, লৈকং থম্বাল্নি।

কেতকী— তমুবী, থেঙলে। পরপ পরপ চৎলসি।

কেশো— ঐ লাক্লগা তহা-তহা হন্খিদোরিবসিবু করিনো ?

কেতকী— তা-কেশো লাকই হায়দুনা তৌবা নংচদে। পুখরী অচৌবদগী ঈশিং শোক্লুখিগদৌবনি। থেঙলবদি ইমানা চৈরম্গনি। লাকও তমুবী। (চৎকে-তৌই)

কেশো— ( চৎকদবা লম্বীদা থৎলগা ) ঙাইখে'দা ঙহাক্সু । নুমিদা'ঙ্গাইরম্গী নিংথিরবা মতম্সিদা ঙহাক্সু ঙ্গ'ঙ্গী ঙ্গাতায় শাখিসি ।

কেতকী— নোংমা মতম্ চাবা নুমিৎ অমদা শাসি তা-কেশো । ঙসিদি চৎলগে ।

কেশো— ঙসিগী অমুক্ মতম্ চাবা নুমিৎ অসি নৎত্রভুনা করম্বা নুমিৎ অমা লাক্খিগদৌরিবা ?

তম্বী— করিনোনে তা-কেশোনা হায়রিবা ঙ্গাতাহুবু ?

কেশো— ঙ্গা পাংশিল্লক্কনু তমুবা।

কেতকী— চৎলসি লাকও তমুবী।

কেশো— ( লমুবী থৎলহুনা ) এঃ এঃ, কদায়দগী। ঙসিদি তরাই তরাই চৎপা য়াবা নৎতে ।

কেতকী— তৌবিনু তা-কেশো। ইমানা চৈরম্গনি । ঐখোয় ঈশিংমু শোক্লুখিগদৌরিবনি।

কেশো— চৈরগা চৈদনবা ঐখোয়রোমদা হেক্ চৎখরসিদনা।

তম্বী— ( শাওরপনা ) তা-কেশো, খুল্গী ইবুং অমনি হায়রগা অহুম্না হায়বা হৌনবরা ?

কেশো— শাওজিল্ লাক্শিল্লক্কনু । নখোয়না অহুম তৌরগা তুমিন্ চৎখিগদবা কেশো নৎতে ।

কেতকী— য়ুম্দা হল্লসি তমুবী ।

কেশো— নয়ুম্দা হন্বসু য়ারোই। কেশোগী অনিঙ্বা আশা কেতুকী নংনা থুংহন্গদবনি।

কেতুকী– করি রানো তা-কেশো ? নচন্দি পোক্মিন্‌বনা ইবুং অমগুম্ খন্‌জৈ ।

কেশো– মহুনা চুম্‌না খন্‌বগী রানি। তংশংনা পোক্মিন্‌নবদি নংতেদনা ।

তমুবী– পোক্মিন্‌নবা নংতে, কৈদৌগে হায়রিবনো ?

কেশো– নচীনহু কবোক্ পোকৃকহু তমুবী। নংখোয় কেশো ঐবু মশক্ মুন্‌না খঙ্‌দ্রমন্নে ?

কেতুকী– শাওবীগনু তাদ। তাদনা ভাঙ্‌লি শক্‌লিবা পুম্‌বা ইবুং অমনা মচনবু মুংশিহুনা ফাগী তৌবনি হায়না খন্‌দ্রগে। মহুদদি নচন্ অমনি খন্‌বীহুনা লঙ্‌ন খোংনবা অসি তৌবিহু।

কেশো– করি রানো কেতুকী ? নংগী থমোয় অদো নুংমক্‌সু নংতে। ঐগী পুকৃনিংগী রাখল্‌সে নংসু থরদি খঙ্‌কম খোক্পনি ( জুগোল্ পরপ্ পরপ্‌লাকৃই । খরা হন্‌দোক্‌লগা মখোয়না ভাঙ্‌নরিবহু তুমিন্ লেপ্‌তুনা তায়। )

তমুবী– খঙ্‌দ্রগা করি তৌগে হায়রিবনো ?

কেশো– তমুবী, নং নৈশবানি। অরেম্‌বদা নপুন্‌সি মাঙ্‌জনি ।

কেতুকি– খুম্মুরনুবা তমুবী। ( কেশোদা ) শাওবীসু তাদ।

তমুবী– ঐখোয়সু ইবুং অমনি খন্‌হুনা হায়জরিদনা।

কেশো– কান্‌নদে কেতুকী, ঐবু লম্‌হেন্‌বা ওক্তবা তাহন্‌গনু। নহাক্‌কী অরেপ্‌পা রা হায়রো।

কেতকী– নচন্‌গীদি হায়জরিবসিনি তাদ, ঐবু পোক্মিননবা নচন্ অমগুম্ খন্‌বীয়ু।

কেশো— মচুদি য়ারোই কেতুকী। ঐ পাখং অমনি।

তমুবী- পাখং হেক্ ওইরগা লৈকাইগী মচন্ মচেদো—।

কেশো- তমুবী, নচীন্ থীগনু। খুদক্ অসিমক্তদা নখোয় অনিমক্কী মিংচৎ থীবা থোক্চনি।

জুগোল্—( কেশোগী মনাক্তা চঙ্শিল্লগা ) মরুপ্ কেশো করিনো তৌনবিরম্মীবসিবু ? মখোয় অনি অসে ফরবসু ফংতরবসু খুল্ অসিগী ইচন ঙাক্তনি। মখোয় অনিনা কায়রবসু থরা য়েংবিকম্ থোক্ই। ঐখোয়না মখোয়বু থীনা চৈহুনা ইকাইবা পীরবদি অতোপ্পা খুল্গী পাখংশিংনসু উশিং থওইদনা লঙ্নরিবনি।

কেশো— মরুপ্না অমুক্ তাক্পীদরবসু খঙ্জৈ। মথৌ চিন্বা মরুপনি, লম্বীদা অমুক্ পন্বীদরবসু লেঙ্বীখরো।

জুগোল্— ঐনা হায়রবসিদা শাওবা য়াদে কেশো। খুল্ আসগী ইজৎ ( ইজ্জৎ ) ইশানা ঙাক্চগদবনি। ( লৈশাবী অনিদা ) সিদা অসুম্ লেপতুনা কৈদোরি? চৎখিবা য়াদরা? শুমিদাংবাইরম্ অসিদা লৈশাবীনা হরা চাবা থোক্তুনা খুল্গী মিংচৎ থীহন্গনু। ( কেতুকীগা তমুবীগা ঈশিং শোক্তনা তুমিন্ হন্খি। )

কেশো- জুগোল্, মী অমবু হেক্তা ইকাইবা পীবা নহাক্কী ওইজবা শীংকনি।

জুগোল্— কেশো, ঐনা নংবু ইকাইবা পীবা নংতে। মরুপ্ মপাং ওইবগী চুম্না ইচন্শিং অসিদা করেম্ কথায়নহুনা লঙ্নবা ফংতে হায়জবনি। য়ারোবা য়াদে, ঐ চৎলে।

( জুগোল্ চৎখি )

**কেশো** — হে-হে, জুগোল্ হায়বসিনা তৌজশারিসে। মকোক্ কায়-নিংলদনা ঐঙোন্দা হৌরিনে। অপণবা অঙাং-মুবী, হমু-হুনথী খরা খোম্জিলগা লাইরিক্ তমবীরিবনি হায়হনা লমহুই লৌশিং তৌবদো ঐঙোনদসু য়াগদবোই নিংবমান্নে। অপঙবা খুনজাশিং অসিদগী লমবী শেমনবনি, ইসকুলগীনি, পুখরী সাড়ি চনবনি হায়হনা মানা শেল্ খায়রিবসে করিবু তৌনগ-দৌরিবনো? লাইরবা খুনজাশিংসিদগী নমথাক্ তৌহনা শেল্ চ'রিবনি। অতুগা মানা অকবা মীকা শাহনা ঐবু ইকাইবা পীরগা মখোয় অনিবু চৎহনখিরি। ঐগী মতাঙ্ চারবা মতমবু মহাক্না তরাই-তরাইনা নান্থোক্হনখিরি। খললু খলুরগা অশুম্ শাওমিংঙি। মাদ হেক্ নাওরীসিনা—।

(কেশো মবুক্তগী নাওরী ফং শংতোক্লগা ফুরিংখাওদগী মরু লৌথোক্লগা জুগোল্দা কাপ্কে তৌই। মতুংলোম্দা রাবৈ য়ু ঙাওহনা হাইরং হাইরং লাক্ই। মাগী মতুংদা তোমালসু য়ু ঙাওরী ঙাওরী য়াওরক্ই। তোমাল্ খুল্ অসিদা লৈবা রাবৈগী মরুপনি। য়ু অমসুং জুরারদা রাবৈগী লামবানি। মখোয় অনি য়ু থক্লুরগা লাক্লিবনি।)

**রাবৈ**— হায়-হায়-হায়, য়েংঙোই কোশো। কনাদনো নংনা কাপ্-ক'দৌরিবদো? মসি কনানো খঙববা? ঐগী ইচানি। কাপ্প য়াদে খঙলবরা? মপা ঐগী ইমাংমক্তদা নংগুম্বনা নাওরীন কাপ্পা করি নতিক্ লৈ? চৎথরো চৎলু।

(কেশো রাবৈদা শাওনা য়েংহনা লৈ।)

রাবৈ— মসিগী অঙাংসে, লম্ ইহেল্ হেললদনা ; চৎখরো চৎলোনে, খুবাক্না থাজিন্‌বদা উঙ্‌জনি।

তোমাল্— হায় কেশো, নংবু নৎতরা হায়রিবসে ? নাওরী অমা পায়শিল্লগা ডাওশিন্‌নরিবা করিগীনো ? চৎখরো হায়রবদি হেক্ চৎখিবা য়াদরা ।

[ কেশো শাওদি য়ামনা শাওনিং , হৎগৎনা খুমবদি ওম্‌দ তুমিন্ চৎখি । ]

রাবৈ— করিস্থ কান্‌নদবদা অঙাং মানস্থ । ঐগী ইচাবু মানা নাওরীনা কাপ্‌কদৌবগী তৌরম্‌বা শারি।

তোমাল— কেশো হায়বা অঙাং অসে ডাওশিন্‌নবদা মপা লৈতবনি । মরুপ রাবৈগী মচা জুগোল্ তোমাল্ ঐগীস্থ ইচানি। ইচাগী মতু তুবুম্ নাম কাওবা তৎপা য়ারোই ।

রাবৈ— তোমাল্, ওসিদি ওহাক্ কম্‌সিদনা।

তোমাল্— মখোঙবু শুগদরা ?

রাবৈ— অস্থম্ চৎখিবদা থেংনবমথৈ হৌগনি। কনাস্থ থেংনদরগনা ঐখোয় অনিদা শান্‌নরগা লোইরে ।

তোমাল্— হোয়, ওহাক্ ফম্‌বনা কৈ । য়ুগী ময়াই জুরার শান্‌নরগা হুংডাইবা য়ামনা হেল্লি। চৎসি লাকও ।

[ রাবৈগা তোমাল্গা হাইরং-হাইরং চৎখি ]

**থাওমৈ মুৎপা**

---

## ৩ শুবা উৎপা

### তোমাল্গী থুমঃ— মাংগোল.

( মাংগোল্দা ফক্ অমথক্ নৎতনা করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতে । রাবৈগা তোমাল্গা য়ু ভাওতুনা হাইরং হাইরং চঙ্লক্‌ই । )

তোমাল্— য়ুম্ অসে কনা অমতা লৈরম্মোইদবনিসে । মখোয়গী ময়া মচা অসিনা কোয়বনা, য়ুম্গী মখাদা গুহাক্তা লৈতবনি । নিপা ঐগা চপ্‌ মান্নবা । হায়রুরগা থবক্ অতু চৎলিবনি, অদা চৎলিবনি । ঐনা থবক্কা অমতা শৃবিরুমু হায়রবনি, য়াবা কৌবা শুক্লৈ মরৈতে । হেক্ হনজিল্লক্পসিদা মোন্ মখাদগী জুরারগী চেহ্ ফাওবা পুথোক্পীনবা মী লৈতবনি । মী লৈবরা-লৈতবরা ? ইবেম্মা ! হো মমা ! লৈতবনিনেসে ।

রাবৈ— লাওদো শরুক্ নং হেক্ চঙ্লগা লৌথোক্লুরো তোমাল্ ।

তোমাল্— মহীস্থ খরদং তৌখিসিকো ।

রাবৈ— ফৈ, তৌসি ।

( তোমাল্ ইমুংদা চঙ্খি । য়ু লিক্লী অমগা জুরারগী চেগা পুথুনা থোরক্‌ই । )

তোমাল্— সে । [ রাবৈদা জুরারগী চে পী ]

রাবৈ— ( জুরারগী চেহ্ তোৎলহুনা ) ফলাস ? ছুরী পোইনট ?

তোমাল্— পোইনট তৌসি ।

রাবৈ— হৌদরিবৈদা য়ুম্ হানন্না।

তোমাল্— এঃ থক্কদবনি। গিলাসতি অঙাংনা থুগাইখরে। হেক্তা চুপ্লসিকো।

রাবৈ— চূপ্পসু গিলাসতা হৈবসু মহাও চপ্ মানবসিবু। কদায়।

( রাবৈগা তোমাল্গা ককতা কমথৈ। রাবৈনা হানন্না লিকুলীম্ চূপ্তুনা য়ু থকই। তোমাল্সু থকই। )

তোমাল্— হোবা য়ারেনা।

রাবৈ— ফরে, য়েল্লগে।

[ রাবৈনা জুরারগী চেম্ তোংলগা য়েল্লি। মাগী মাগী চে শরুক্ লৌথংনরগা জুরার শান্নবা হোই। ]

তোমাল্— ( শানন-শানননা ) রাবৈ নং শেল্দি য়াওরকইকো?

রাবৈ— হেরা তোমাল্, শেল্ য়াওদনা জুরার শানন্নবা রাবৈরা?

( রাবৈ ফুরিংখাওদগী শেল্ কং পুথোরকই )

তোমাল্— ঐনা লোইরে, য়েংঙুসে। ( চে উংলি। )

রাবৈ— এঃ মম্ য়াদে।

তোমাল্— সিবু য়াদরবদি করিনা য়াদোরিবা?

রাবৈ— [ খুদোম্বীনা থিনম্না ] সিগা সিগদি কদায়দগী য়াগদগে।

তোমাল্— এঃ য়াই।

রাবৈ— ঐনা য়াদে হায়রিবসিনি তোমাল্।

তোমাল্— য়াইনে রাবৈ।

রাবৈ— য়াদেনে।

তোমাল্— নংনা করি খঙলম্না য়াদরিবা?

রাবৈ — ঐনা থঙ্জুনা য়াদে হায়রিবসিনি।

(মখোয় অনিমক্ শাওনরক্ই। রা কন্না — কন্না ডাঙ্গৈ।
ফম্লম্বদগী শাওনা ফুক্-ফক্ হৌগৎনরক্ই।)

তোমাল্ — ঐনা য়াই হায়রবমক্তদা।

রাবৈ — ঐনা য়াদে হায়রেদনা অদো।

( রাবৈনা শাওনা জুরারগী চেলংশেক্ই। )

তোমাল্ — উৎশিংতরেদা রাবৈ।

রাবৈ — রাবৈনবুদি কনাবু উশিংকনি।

তোমাল্ — অহুদি করি পাম্ই ?

রাবৈ — নংনা অপাম্বা অহুমক্ ঐস্থু পাম্ই।

তোমাল্ — অহুদি ঐনা অপামবনি মসি।

[ তোমাল্না রাবৈদা পোপ্ থোম্ই। )

রাবৈ — মানকাস্থু ঐডোনদা ক্ৎব' শাই।

[ রাবৈনস্থু মখুৎ হল্লি। মখোয় অনি পোপ্-পোপ্ থোম্-নহুনা থরা ফৈ। খুল্গী চাওতোন্ কৌবা অহল্ অমা তান্জাহুদা লাক্ই। ]

চাওতোন্ — হায়-হায়, তোমাল্! রাবৈ! করিগীনো নখোয় অনিনা ফনরিবো? তোকনৌনে, তোকনৌ হায়ননি। অডাংস্থু নহৎনা ক্ৎনরিবা করিগীনো? ইবো, নখোয় য়ুথক্পা, জুরার শান্নবা মাসে ওনথোক্না ফৎতেদা।

[ চাওতোন্না থাম্দোক্ই, খৎনবা তোক্ই।

তোমাল্ — ঐনা লোইরবা মক্তদা হেক্তা য়েৎলদনা।

রাবৈ — নংগী খুংলোইদো লাল্লি, ঐনা য়াদে হায়রেদনা।

চাওতোন্ — তুমিন্ লৈরোহে। নখোয়না খংনরিবদো ঐ খঙ্ভিনে। জুরার শান্নবা মীনবু কয়াম্ ফগনি। য়ুনা থক্নং থক্নং থক্লিবা। ঐঙোন্দা পাওকা তম্গন্নু, তানিংদে। নখোয় অনিবু চহি নিফু হেল্লবা নংতরা? খুল্ অসিদা হৌরক্লিবানহা রোলশিং-সে নংখোয়গী নতৌ তম্লবদি লোইনা মাঙ্বা তারে। রাবৈ নং অমা নচা পাখং ফারবনি। নচা অসিনা খুল্ অসিগী ফননবনি হায়দুনা হোৎনরিবা অসে নংখোয়না মতেং পাংবীগেদি হায়দর-দুনা য়ু থক্তুনা জুরার শান্নদুনা ঙাওশিন্নরি।

তোমাল্ — ইপল্, ঙসি ঐ য়ামনা ইকাইরে। রাবৈ, নংবু শাওরিবরা? ঐখোয় অনিদি খংনরা য়াবা নৎতে।

রাবৈ — শাওববুদি ঙহাক্তনি, ফথরে। মতুংদদি শান্নবদা অচুম্ অচুম্বা তৌনসি।

তোমাল্ — মতুগী রা হৌরক্লম্লু। য়ুগা য়ু ঙাওবনে নংমু ঐমু কৈরেং তুরেং তৌনরবা জাৎনি।

চাওতোন্ — তো, অদুনি। গিয়ান্ [ জ্ঞান্ ] তাও, নশা অঙাং নৎতরে নখোয়। ঙাওশিন্নরগা করি কান্নৈ?

তোমাল্ — ইপল্বু করি থবক্কীনো?

চাওতোন্ — ঐবুদি থাংজৌ অমুক্তা রায়গে লাক্পনি। ঐগী থাঙ্জৌদো মখোক্ হেক্এ। অদুদা নখোয় অনিদি পোপ্পা-পোপপা, অদুম্না তৌবা হৌনদনে। য়ু থক্পা হায়বসিবু কবরা? অদুক্ লুনা তিন্নরগা হেক্তা ফনৈ।

তোমাল্— ( ইমুংদা চঙ্‌ডুনা থাঙ্‌জো লৌথোকলুরগা ) সে ইপল্ ।

চাওতোন্— ( থাঙ্‌জো লৌরগা ) ইবো , য়ু থক্‌পা জুরার শানবা শিং তোক্‌ও । তুংদা হৌরক্‌পা অঙাং অমতা য়াররোই । কৈরোল লৈকাই ইপা-ইচা ওইবগী নিংথিজনা হায়নবসিদা য়াদরবদি য়ুম্‌লোননডুনা লৈবা তনদৌরিকো ।

[ চাওতোন্ চংখি । ]

রাবৈ — তোমাল্ , ঐসু চংখরগেনে ।

তোমান্— চংলো রাবৈ , শাওনবা য়াদে ।

রাবৈ — শাওদদা , কাওথোক্‌নরসে । চংলে-চংলে ।

( রাবৈ চংখি । )

থাওমৈ মুৎপা

---

# ৪ শুবা উৎপা

## শাজোগী মমাঙ-শংগোয়

[ মতম্ সনধ্যা ( সন্ধ্যা ) নি । শাজো মম্লি-মম্লিবডুদা শংগোয়দা ফক্ থারি । অহল্লোন্ ময়াম্ লাইরিক্ তম্বদা কম্নবনি । ]

শাজো— অহনবী , লাল্টেনডু খরা পরপ্-পরপ্ চংখলকউ । ফক্ থাবা ফাওবা উদরে । তারিবরা মবেন্‌বোক্ নংবু ।

অহনবী— [ মপাল লোম্দগী ] তারে-তারে, থ'ও য়াওদহুনা হাপ্পা হোৎনরিয়ে।

শাজৌ— ঙসায় মুংলিল্না ঙল্লিবৈদা য়েংশিন্গেদি হ'য়দেদো।

অহনবী— [ লাল্টেন, অমা পায়দুনা চঙ্লক্লগা ) ঙসায় মুংথিল্দো থবক্ য়াম্মনবনা তৌবা ঙম্হৌদবা। মপুবোক্না মরোল্ অমা ঙাঙ্গদৌবগী তৌবসিনা। থবক্নি হায়দুনা কান্নবস্থ নংত্তবা। নখোয় নশু-নপূনা তৌরিবসিবু করিনো? অহল্ গিয়ান্ তারবা নংসু অঙাংসিনা হায়বসে পাঙ্য়াদা ময়াই।

শাজৌ— কান্নদবা হায়ববু করিনো? ইশুনা তৌরিবসে অহান্বদা ঐস্থ কাননরোইদৌরোই নিংলম্ই। অদুবু তৌজিককৃতি থঙ্লে। ইশা ইশাগী য়াম্না কানৈ, খুল্ অসিগীসু কয়াদা কান্নরবা।

অহনবী— কান্নবদুদনিনে মীনা মাবু থীনা ঙাঙ্নরিবা, অা অদুনি-অদানি হায়নরিবসে।

শাজৌ— ঙাঙ্নজসনু। মী অমনা থবক্ অমা তৌরবদি ফরবস্থ ফৎতরবস্থ খরা ঙাঙ্নবা হায়বসিদি তাইবঙ্ মীগী হৌনবীনিদনা। কান্নৈ থঙবা, গিয়ান্ তাবা মীনসু মাবু মথাগৎলি। কাননৈ হায়বসি ঐখোয়গী মীৎসিনা উৱেদনা। পৃথরী অসি কয়া ফরে। অসিবু ফংতে হায়গেরা? লম্বী লৈখোম্ খোকতনবা শেম্গনি তৌবসিদ শুনজাশিংসিনা অঙম্-অঙম্বা শেল্ হাপনরিবসিদি। মপাংগলসু থাংদোককদৌরিবনি।

কানূনদররদবু মখোয় অত্মনা থরায় য়াওগদরা ?

**অহনবী—** মপুরোক্তি অফবহুদা উবনিরে ।

**শাজো—** কৎতবা মীনা থীনা ভাঙ্গনবহুসু খঙ্ডি। মখোয় অহু মীনা তৌবদা থরা য়েৎচনিংবা, শেল্ অমদি মপাংগল্ থাং-দোক্নিংদহুনা কতল ওইবগী অহুক্ পংঙ ভ ভাঙ্ভবনি। মখোয় থরনা অহল্না লাইরিক তম্বা কান্নদবা অঙাওবগী থৌদৌনি হায়হুনা য়াম্না লঙ্নবদাইদো হৌজিক্ অত্তম্বা ঐখোয়দি কান্নবা খঙ্লে। তম্দবা মখোয়দনি কান্নদবা। ইমিং ইবা হৈরে। চিঠীনচিংবা মা-মাহুনা পাবা ঙম্লে। ঐনা নংসু তমশিল্লু হ'য়রে। তম্বী তাকপীগদবা হায়রা ইশুনি।

**অহনবী—** করি কান্নগদগে, শিরম্দাই ইপোক্থোক্ ইয়া লাংল্বা মতম্সিদবু ? থবক্ রানা শূরুবদগী পোৎথানবা মতম্ ফাওবা শংদরবসিদা।

**শাজো—** পোৎথাবা হায়ববু লাইরিক্ তম্বা অসিনি। অয়ুক্-মুংথিল্ চূপ্পা থবক্ শূরুরগা মুমিদাংরাইসিদা লাইরিক্ ভহাক্ তম্বসিদি অরাবকা লোইনা কাওই।

[ চাওতোন্ চিঠী অমা পুরগা লাকই। লাইরিক্ হৈত্তহুনা পাহন্নবা পুরক্লিবনি। ]

**চাওতোন্—** তাধন্, ইবুংডো জুগোল্ কৈবরা ?

**শাজো—** এঃ চাওতোন্, সন্থয়া সিদা করি থবক্কীনো ? জুগোল্দো ভসায় ইম্কাল্দা চৎকনি চংথিবদগী হৌজিক্

কাওবা হল্লকক্তরিনে । কদৌরবনো ওসিদি খেঙলেদা ।
হল্লকপা মতম্ মওইরে । ওহাক্ নৈরবদি হন্নবা ময়াম্
লাইরিক্ তম্বা লাক্নবনি ।

চাওতোন্— ঐখোয় কেতুকী মপানা চিঠী অমা থারকই । ইবুংঙোদা
অমুক্তা পাহন্গে তৌবা ।

অহনবী— হোয়নে, কেতুকী মপাদো কুইরেনে মানা লংকৈদা
নৈবা । মাবু থরা-থরা মকান্নজরিবরা ?

চাওতোন— ইতৈমা, থরদি অহুক মকান্নজমাননে । ঐদি পোরকউ
হায়নিংঙে । ইশুন্নুপী অসিন্নু চাওশিল্লকলে । থাজ
য়োনজবা মতম্ য়ৌশিল্লকলে ।

অহনবী— মতাংদি চাদরে, রা অমতা হায়নিংঙিনে ।

চাওতোন্— মতাং চা-চাদবা করিনো হেক্তা হায়বিয়ু ইতৈমা ।

অহনবী— নশুন্নুপী কেতুকীদো ঐখোয় জুগোল্গী মৌ ওইনিংঙি।
ইশু ওইগে হায়ববু য়ারোইদরা ?

চাওতোন্— ইবুংঙো জুগোল্গী গুপী ওইজবদি ঐগী ইশুগী
মরাইবক্ ফবনি । অহুবু ইতৈবা, ঐগী ইচাহুদদি হল্লক-
খিসন্নু । মপা য়াওদ্রবদি গুংঙাইতে ।

অহনবী— এঃ অহুবুদি কৈনো । মতম্ রাংথি । মীঙোনদ্রকা
পীখোক্খিনি হায়হ্না হানা হায়হৌরিবনি ।

শাজো— মহু হয়েং মতম্দা ঙাংনগদবনি । কদায় নচানা থারকই
হায়বা চিঠীদো ।

চাওতোন্— সিনি তাধন্ । ( শাজোদা চিঠী পী । )

অহনবী — চাওতোন্, নং-তাধনগা য়ায়ী শাহোখো। ইতৈমা ইমুংদা থবক্ ইনখাং থরা তৌরুখিগে।

চাওতোন্— কনি ইতৈমা। ( অহন্বী চৎখি। )

শাজো — কম্সি চাওতোন্ ঐখোয়গী জুগোল্ লাক্পা ভাইবা য়ারনি ঐ হেক্তা মা-মাহুনা পাগে ।

চাওতোন্ — তাধনবু লাইরিক্ পাবা হৈরবরা ?

শাজো — হোয়, ইশুনা তম্বীবদগী থয়া-থরা হৈরে। তাও, পাগেকো।

( শাজোগা চাওতোনগা ককৃতা কম্ই। শাজো চিঠীছু কাক্তোকলগা লাল্টেনছু মনাকৃতা পুশিল্লছুনা মা-মাহুনা পাই।)

চিঠীঃ—

পুজনীয় পাবা,

পাবগী মফম্দা লম্দম্ তাম্না লৈরিবা নচানা খঙহনজরি। ঐখোয় য়াম্না থুনা য়ুম্দা থোক্চরকলগনি। পাবনা থারক্পা চিঠী অছুম্ব কংজরে। থবকম্ব ছাননগুম্না অছুক য়াম্না কাননদরে। থোরকতরিঙৈদা শেল্ লুপা চনিখকতং পাবগী নাকতা য়ৌনবা থাদোকচরককনি। অনা অয়েক থোইদোকপা য়াওদে। য়ুম্দম্ব য়াওদবা হায়না নচানা লাই নিংজরি।

নহাককী নচা

জুগে।

চাওতোন— লোইরবরা তাধন্‌ ?

শাজৌ— লোইরে। নংবু নচাদসু চিঠীকা থাখিবরা ?

চাওতোন্— থাখি তাধন্‌। কুইরে, নহান্‌ নোংমা। ইবুংঙো জুগোল্‌না ইবিবনি। ঐদি ঙসি তাধনুনা চিঠী পাব্রিবসি ওনথোক্‌না থাজখিদরে। পুমঙকপু ঙক্‌লে।

শাজৌ— ঙক্‌নিংঙাই লৈতে চাওতোন্‌। তম্‌মবদা হৈতবসি লৈতে। অহল্‌ ওইরবনিনা থরদি কুইনা চঙ্‌ঙি। ঐনা নহান্‌না নংসু তম্‌উ হায়দরা ?

চাওতোন্— অতুদা তাধন্‌, অহল্‌দি ওইরেদো।

শাজৌ— ঐসু অহল্‌নি, অতুবু তম্‌লিবসিদি। নংসু নহান্‌ডৈনা তম্‌জরবদি ঙসি ঐখোয়দা লাক্‌লিবসি লাক্‌ততুনা নচানা থারকপা চিঠীতু নশানা ঐদোনা মা-মাতুনা ওইরবসু পাবা ঙম্‌গদবনিদো।

চাওতোন্— হোয়নে তাধন্‌। মথংদদি তম্‌বা তারমান্‌নে।

শাজৌ— মথংদা নংতে। হৌজিক্‌ হেক্‌তা তম্‌লগদবনি চাওতোন্‌। শেল্‌সু তিংবা নংতবা। সরকারনা লাইরিক্‌সু লেম্‌না পীরক্‌ই। নংনা তম্‌নিংলবদি নঙুদা হায়রো।

চাওতোন্— হোয় তাধন্‌, তম্‌বা তারবো। ইমিং ইবদা হৈরবসু খিৎকী নংতে।

শাজৌ— অচুম্‌বনি চাওতোন্‌, হৈজিন্‌বদা কান্‌নদবা লৈতে।

[ জুগোল্‌ লাক্‌ই ]

চাওতোন— ইবুংগো ঙসিদি ইপুসু লাইরিক্‌ তম্‌গে লাক্‌লবনিনেহে

জুগোল্— কৈনে ইপু, তমমগা লোইরে। লাইরিককাম্ন লৈ।

শাজো— তো ঐনা ঙসায়না লাইরিককাম্ন লেম্না পীরক্‌ই হায়দরো।

চাওতোন্— অম্মম্ তৌবনি ইবুংঙো, নং-খুরা জুগেনা ইপুদা চিঠী অমা থারক্‌ই। ইবুংঙোদা ঙহাকতা পাবিম্ন হায়বা লাক্‌পনি। ইবুংঙো লৈতে হায়দুনা তাধনবা মা-মাহুনা পাখোবএনে।

জুগোল্— ঐখোয় ইপুবোক্‌না পাবদুবু অরানবকা য়াওদরা ?

চাওতোন্— য়াওরমমোইবো ইবুংঙো, ফজনা পাখরে। ইপুম্ন লাইরিক্ তমনিংলে। মিংদা ইবা হৈরবম্ন কৈ থর তম্গেনে।

জুগোল্— তনগদবনি ইপু। অহল্ ওইরে হায়দুনা তমমোইদবগী য়া লৈতে। মুমিৎম্ন কৈ, ঙসিমক্ হেক্‌তা তম্বা হৌরসিনে।

চাওতোন্— ইবুংঙোনবু কৈ হয়রবদি ইপু য়াই। তমখোক্‌ম্ন ঙাবদনা।

জুগোল্— ( শাজোদা ) ইপুবোক্ লাইরিক্ অমনে. শিলেপনে কাংগক ( কঙ্গ্ ) নে থরা পুখোক্‌পীরক্‌উ ।

শাজো - নংবু হল্লকপদগী নক্ষি নরোল্‌কা হোংদোক্‌নুরবরা ?

জুগোল— হোংলুরে। ঐ হললকপা ঙহাক্ ওইরে।

শাজো— সে চাওতোন্, নংগী চিঠীদো।

[ শাজো চাওতোন্‌দা চিঠী পীরম্লগা চৎথি।

চাওতোন্— ইবুংঙো, ইপু য়া অমতবু হংগে। নুপীদি লাইরিক্ তম্বা য়াদরা ?

জুগোল্— কন্নিগী য়াদনি হায়বগে ইপু। ইম্‌ফাল্‌দদি লাইরিক্

হৈতবী মুপী থিবদা ক্বংদরে। ঐখোয় অবোক্‌হোয়কাশে ঐনা তম্ডু হ য়বনি, অহুদা য়াদেনে।

**চাওতোন—** হন্নুবীদি লায়রি ইবুংঙো। ঐখোয় কেতুকী খোয়গুম্‌বা লৈশাবীশিংসিমু থরা তম্‌বীবদি কৈনে।

**জ্‌গোল্‌—** ইপু, ঐখোয়গী খুল্‌গী মীশিংসে ওন্‌থোক্‌না মীনোক্ চাওথরে। অহল্ ময়'ম্ লাইরিক্ তমবীবা অসিমু ঐবু মখোয় খরনা করি করিনো পঙহায় হায়বা।

**চাওতোন—** হায়জসনু ইবুংঙো, ক্বৎতবা থবক্ তৌবমু নৎতবসিবু।

**জ্‌গোল্‌—** অহুনি ইপু, মখোয়গা চীন্‌দা-পাওদানহুনা খৎনক্নরবদি ঐ অপঙবা তারনি হায়হুনা তোকচরবনি। মখোয় লৈশাবীশিংনা তম্‌বা পাম্‌লবদি ইপুখোয়াগা প্‌ন্‌না তন্‌বা য়াগনি।

[ হন্নুবা মরি-মঙা লাইরিক্ তম্‌বা লাকই। মখোয় খুদিঙমক লাইরিককা শিলেপকা পূরকই। অহল্ অমদি লাল্‌টেন অমমু পূরকই ]

**অহল ১—** ইবুংঙোনা হাননা ঙাইহুনা লৈরম্‌লে।

**অহল ২—** ঙসিদি তাদ চাও:তান লৈরম্মীনা।

**চাওতোন** ঐমু ঙসিদি লাইরিক তম্‌বা য়াওরগে।

**অহল ১—** য়াওনে তাদ, ইবুংঙোনা তৌরিবসি য়াম্‌না কাননৈ। ঐখোয় মিং ইবা হৈরে।

**অহল৩—** ঐখোয় লাইরিক হৈবগী কাননবা খঙলে। নহানদো ঐ মহাজন অমদগী শেল্ খরা পূরুই। চে অমা ইনৈ। মমাংঙৈদদি খুবী নম্‌বনি। হনদকতি মিং ইরে। চেহুদা

মহাজনহুনা করি ইরিবগে হায়বহুস্তু মশানা থরা-থরা হৈজ-রবনিনা পাহুনা খঙলে ।

( শাজৌ লাইরিক্ অনিগা শিলেপ্ অনিগা পুহুনা লাকৈ । লাইরিক্ অমগা শিলেপ্ অমগা চাওতোন্দা পী । লেম্হৌরিবহুনা মাগীনি । কাংগরু অমস্তু পী । অহল্শিং পুম্নমক্ ফক্তা পরেং শানা ফম্ই । মমাং ওইরপ্না লালটেন্ থম্ই । মথোয়গী মমাংহুদা জুগোল্ লেপ্ই । )




জুগোলনা খুল্গী অহল্শিং লাইরিক তমবীরি।

জুগোল্— ইপুখোয়, ঙরাং ঐনা তাক্পা পারাহু ইবিয়ু। [ চাও-তোন্গী মনাক্তা চঙ শিল্লগা ] ইপুদি ঙসিদা হৌবা তারি।

নশু তাকচগে। ( অহল্‌শিং অতৈ লাইরিক্ ই। জুগোল্
চাওতোন্‌গী মনাকতা ফমথরগা লাইরিক্ তাকই। ]

জ.গোল.— [ লাইরিক্ কাক্‌তোকলগা ] ইপু, মসিদগী তম্‌বা হৌগদবনি। মসিদা লৈরিবা ময়েক্‌শিংসি শোর ( স্বর ) ময়েক্ কৌই। মসিনা অহান্‌বা ময়েক্‌নি। 'অ' কৌই। লোই-মক্ল .শ্ার ময়েক অসি মকোক অসিদগীনা অসি ফাওবদা লৈরিবসি তরাহুম্‌দোইনি। হৌজিক্ ঐ মথং-মথং য়াম্‌না তপ্‌না পাজগে। ইপুত্ৰ ঐগা মান্‌ননা পাবা য়াওয়্। অ, আ, ই, ঈ, উ ঊ, ঋ, ঌ, এ, ঐ, ও, ঔ, অং, অঃ [ জুগোল্‌না মথং-মথং পাই। চাওতোন্‌সু মথং-মথং হায়। অনিরক্ অহুম্‌লক্ হন্‌না মখোয় অনিমক্ পামিন্নৈ। )

অহল. ৪— ইবুংঙো, ইপুদা মসিমত্তা তাক্‌উবা।

জ.গোল্— কদায়নো ইপু?

অহল. ৪— তো সিদগীসে। হৈরম্‌বনি, হৈক্তরেনে।

জুগোল.— ( ইরগা তাক্‌পা ) সোন্‌লোম্‌দগী অসুম্ হায়না তোরগা অসুম্‌না কোন্‌বা।

অহল.—৪— ওঃ হৈরনি। কাওরিবনিনে।

জ.গোল.— ( চাওতোন্‌দা ) ইপুসু ইবা তম্‌বীয়্। অহান্‌বা ময়েক্ অ, সে ঐ ইগে। মখাদা মসি মান্‌নবা হন্‌না-হন্‌না শিলেপ. অসে থন্‌বা মখৈ ইবিয়্। ( চাওতোন্‌গী শিলেপ্‌তা জুগোলনা "অ" ইবি। চাওতোন্ ইবা তম্‌ই )

অহল. ২— ইবুংঙো, ইবা লোইরে,।

জুগোল্— কদায় অহুদি ইপু। [ শিংলেপ্ লৌরগা চুম্বরা-চুম্দবরা য়েংঙি। ) চুমুমে ইপু। [ অহল্ অমদা ] ইপুগীদি ?

অহল্ ১— পোইরে ইবুংঙো, সে।

( অহল্ অমত্তুগী শিংলেপ্স্তু লৌরগা য়েংঙি। অস্তুম্না অহল্ অতৈগীসু মথং-মথং য়েংঙি। )

জুগোল্— [ চাওতোনদা ] ইপুগীদি কম্দৌরি ? ( য়েংলগা ইপূদি ফনবু হৈরি। ইপু হন্না হন্না ইরগা ফজরক্কনি। হৈবসু হেলক্কনি।

চাওতোন্— ইবুংঙো, ইপুনা খোংশিবসিবু চুমমীবরা ?

জুগোল্— চুম্ই ইপু। তম্বা হৌবদা ঙায়রি, কনা চুম্না ই। ইপুদি য়াম্নবু হৈগনগদৌরি।

শাজো— নত্তানঙৈনা তম্লবদি ফনা হৈজরগদবনি।

জুগোল্— ইপুখোয়, ঙরাংগী পারাহু ফাবরা য়েংসি। মথং-মথং অমুক্তা পাবিরক্উ।

(চাওতোন্ নৎতনা অহল্ পুম্নমক্ মথং-মথং লাইরিক্ পাই।)

জুগোল্— ইপুখোয় ফজ-ফজনা ফানরে। মথাগী পারা লৌথর-সি। হংখিগদবকা লৈবীরিববা ?

অহল্ ৩— য়ারগনি ইবুংঙো, মথা লৌথরো।

[ জুগোল্না পারা মপা লৌথৈ। জুগোল্না হান্না পাই। অহল্শিংনা খুম্ই। অনিরক্ অহুম্লক্ তাক্ই। )

জুগোল্— ইপুখোয়, ঙসিদি ঐ করিগুম্বা থরদং হায়জগে

ইপুখোয় ময়াম্ অমদি খুনজা প়্মুনমক্কী মতেংদগী অঙাংগীসু অহল্লোলগীসু ঐখোয়গী ইসকুল্ অসি নিংথিজনা চাওখৎলে খনজে। খুনজা প়্মুনমক্না শেল্ থাদ্ধনা শাবা ইসকুল্ শঙ অসিসু হৌজিক্তি লোইশিল্লে। পানজীদা হংলুবদা হনদক্কী ফাইরেল্গী পনচমী অসিদা শঙ্গাবা কৈ হায়রি। ইপুখোয় ময়ামগী মতেংনা মসিনা পাঙথোক্নবা হোৎনজবা তারি।

অহল্ ১— কৈ ইবুংঙো, মহৈ তম্ফম্ শঙ হায়বসিদি অকবা মুখিংতা শঙ কাহৌগদবনি।

জ্যুগোল্— অতুদগীদি ঐখোয়গী লাইরিক্ তম্বা অসি ইসকুল্ অসিদা হোংজিল্লনি। ইম্ফাল্দগী সরকারগী অচৌবা মী অমসু করম্ তৌরি য়েংবা লাক্কনি। ভসি ঐনা ওফিসতা চৎতুনা উননজক্কবদা য়েংলবা মতুংদা অমুক্কা হেন্না চাওখৎনবা মতেং কয়াসু পীবিগনি তাক্পীরকই। অতুগা অয়ুক্কী অঙাংশিংগী ইসকুল্ অসিসু মথংগী চহিদদি সরকারনা লৌশিনবীগনি হায়না তাক্পীরে।

অহল্ ৩— সরকারনা লৌশিল্লবদি ইসকুল্ শঙকাসি সরকারনা অতুম্ শাবীমাননে।

জ্যুগোল্— শাবীগনি। অতেক অকায়দি খুনজা ঐখোয়না য়েংশিন্জবা তাই। সরকারনা উবা ভাইরবদি শঙ্ তেকখিবনা হাল্লি। মরম্দি ইপু ঐখোয়গী লৈবাক্ অসিদা লৈরিবা ইসকুল্সি য়াম্থরে, খুল্-খুদিঙগী, লৈকাই খুদিঙগী, লৈকাই খরা চাওরবদি অনি। অহুম্সু লৈবা য়াওই। ময়াম্

অসি সরকারনি হায়রুনসু য়েংশিনবা ভমবা নংতে। অদুগা সরকার হায়রুনা মী অমা লৈবসু নংতে। অদুগা ইপু-খোয়, ওজাসু থারককনি।

অহল ২— ওজাদি ইবুংঙো নং লৈরিবসিদি ?

জুগোল— ঐদি ইপুখোয় ময়ামগী মতেংগা অসুম ইসকুল অসিগী অশিল অরাং ওইনা লৈজগে।

অহল ৪— অশিল অরাংসু ওইনি, অদুগা অমরোমদদি ইসকুল অসি নংনা হোদোকচবনি। নামৎ মাঙবা য়াবরা ? সরকার-দা নংবু ঐখোয়গী ইসকুল অসিগী ওজা ওইনা হাপপীরু হায়না থুনজা ঐখোয়না হায়জনি।

জুগোল— অদুগা পাও অমনা ইপুখোয়, ঐখোয়গী লম্বী শেম-ননবা শেলগী মতেং থরা পীবিয়ু হায়না হায়জখিবদো য়াবিরকদে। লম্বী শেম্বদি থুনজা ঐখোয়না পাংগল পুথোকচবা তাই। নাকনদগী লৈবাক লোইনা থরা তোঙ-নবা থোললগা কোননা মথকতা নুং থাগদবনি। সরকারনা পীরকপা শেলনা নুং লৈনগনি। অদুগা থুনজা ঐখোয়ন' থরা-থরা থায়নরগা ওকতবদু মেননবা তারে।

অহল ২— এঃ তৌগদবনি ইবুংঙো ঐখোয়সু থরা থায়দবা য়াবরদো

জুগোল— অদুনি ইপু থুনজা ঐখোয়না থরসু হোৎনজব সরকানসু মতেং থরা পীবিরকপা অসুম তৌরগা ঐখোয়গী খুল অসি চাওখৎ খোঙথাংদা অতোপপা খুলশিংগা মীমাননবা ভমনবা ঐখোয় ইশানা হোৎনজগদবনি। সরকারনা পীরকপা

শেলদো ঐখোয়না ফজনা শীজিন্নদুনা খুন্‌দা ঐখোয়গী থল্লায় য়াওবস্মু মখোয়দা উংশবদি মথংগী চহিদস্মু মতেং অদুম্ পীরক্কনি। অস্মুম্না চহি খুদিঙগী থরা থরা তৌরগা ঐখোয়গী খুল অসি অমুক্তং মল্লাম্ চঙদুনা চাওখৎনবা হোৎনসি।

চাওতোন্— হোৎনগদবনি ইবুংঙো, নংগুম্বা অনি-অহুম্দা হেক্ শুরম্বদা খুল অসি ওনথোক্না থুনা চাওখৎকনিদা।

অহল্ ১— ঐখোয় ভাদ শাজোদি মচা পিবা য়াওদরবস্মু মরাইবক থম্বাল্ শাৎলেনা। মচানিঙোল্ অমতং লৈজববু ময়ুম্ মকৈ পানবা খুদোং চাদে হায়না ল্লাবনি। অদুবু মশুনিপা অচঙবা অমা পোক্পসিনা কয়াদা মরাইবক্ ফরবা। ইবেম্মত্তুনং নৌনা লৈখিদবসি থরদি মুংঙাইতে।

অহল্ ২— হোয়নে, হৌজিক্ অসিদা মহাক্ লৈজরবদি কয়া মুংঙাইজগবা।

অহল্ ৩— জুগোল্বুদি ওনথোক্না ফখরবা অঙাংনি। মপানা পোক্ই হায়রবা থাবু থাজদেনে, ওনথোক্না খেন্নখরবা।

অহল্ ৪— হোয়নে, খেন্নখ্রে। থাজদে-থাজদে।

চাওতোন্— ভাধন্ কৈনে। অঙাংস্মু ফবা, ভাধনস্মু ফবা। অফবনা শেম্বদি ফবা মশানা ভাবনি।

জুগোল্— ইপুখোয়, বরিগুম্বা অমতা হায়জগে নশুদি করিস্মু থোইনা থঙজ-হৈজবা নৎতরি। ইপুখোয় খুনজা ময়াম্গী মতেংনা তৌজবনি। ঐবু পঙথা থাগৎপীবস্মু মতিক্ চাদরি।

ঙসিদি লাইরিক্ তমবসি থরা ঙননা অসরায়দা অমুম্ লোইশিন্নবা তৌরসি। অমদা অমদা লাং-কাং থরা চেল্লুবদা নপুম্ থরা রারে। পোৎথাজরগে।

অহল্ ৩— ফরে ইশুসিদি। অংককাহ্নদি হয়েং ওইনা তৌরসি।

অহল্ ১— ফরে-ফরে, লম্বীগী অমুক্ হোৎন, লাইরিক তম্বগী অমুক্ হোৎন রাররিনি। মুঙোইনা পোৎথাজরো।

অহল্ ১ — ফরে পোৎথাজরসনু। ঐখোয়মু হল্লসি, খেঙথিনবনি।

জুগোল্— ইপুখোয়, লাকতবা অতৈদমু মথং-মথং থরা হায়বীখো। হন্দক্কী পন্‌চমী অসিদনি ইসকুল্ শঙ কাগদৌরিবসি। অতুগা লম্বী শেম্বগী রাকমতুমু।

অহল ৪— হায়গে-হায়গে।

অহল ৩— অতুদি চৎনরসিনে। তাদ চাওতোন্‌বু লৈহৌখিগদরা?

চাওতোন্— চৎলনি। (শাজৌদা) তাধন্, য়োজরগে।

শাজৌ— য়োরো। ইনাওশা পূম্নমক্ হয়েংদি থরা ঙন্‌না।

অহল্শিং— কনি-কনি তাদ।

(অহল্শিং ময়াম্ মাগী মাগী লাইরিক্ পায়রগা মরী-মরী চৎনখি। চাওতোন্‌দি থরা চৎলুরগা অমুক্ হন্‌জিল্লকই।)

জুগোল্— ইপু, অমুক্ হক্লক্লবদি কৈদৌরে?

চাওতোন্— ইবুংঙোদা রা অমতা। ইপুনা ঙসায় হায়বা রাকম্দো অমরোম্দা ঐখোয়দ অহল্ ওইরবনিনা তম্দরবা কাওববু কৈ। নুপীমচা নৈশাবীশিং অসে মমীৎ-মনা খজিকতা ওইরবমু শিংজনবা মখোয়গীমু থরা হোৎনবীয়ুনে।

জুগোল্— কনি ইপু, মথং-মথং ঐ হোৎনজরকুকে।
চাওতোন্— অহুনি ইবুংঙো, মখোয়স্তু খরদা খঙজরবদি মখৈ। চৎলে-চৎলে। (চাওতোন্ চৎখি।)
শাঙ্গো— ইবুংঙো, নং পোৎখাজরক্করো। ককনুংকা ইপু লোইশিল্লক্লগে।
জুগোল্— ইপুবোক্ ঐ চান্দম্দা ভহাকতং য়োক্লখগে।
শাজো— রারবদি ঙসিদি তোক্ও, পোংথারোদনা।
জুগোল্— কুইরোই ঙসিদি; ঙহাকতং য়োক্লরগা থুনা হল্লকুকে। ঐ লাক্কদবাই নিঙহনা থঙাংশিং ভাইরমগনি।
শাজো — অহুদি চৎলুরো। থুনা হল্লকউ। নবোক্নস্তু মরাইনা চাকু লোইজরম্লনি। (জুগোল্ চৎখি।)

## থাওমৈ মুৎপা

---

# ৫ শুবা উৎপা

## লমবী

(মতম্—নুমিদাংনি। কেশো, কাঙ্জৈ অমা পায়রগা লাকই। থৈদে শেৎলি ফুরিৎ মকক্ অমা লিৎলি।)

কেশো— মাগী জুগোল্ হায়বসি ওন্থোক্না মী উশিংখিদরেদা। থুনজা অপূম্বসি অপঙবনি হায়হনা মানা তৌনিবদা তৌরে ওইবরা ওইদবরা খঙদবা ইসকুল্নি হায়হনা উ-রা, শেল্ খায়হনা অপঙবা থুনজাশিং অসিবু শাহল্লি। সরাারনস্তু

শেল্ পীরকৃই মহায়, খুল্‌দগী শেল্‌সু মখায়। লম্বী শেম্‌বসু খুনজা ময়াম্‌দা পাংগল থাংদোকৃউ হায়বগুম্ হেক্ মত্তোবা। অপঙ্‌বা খুনজাশিং অসিনা মরোন্ অমা মানবু হায়রবদি ফরবনি, লাইরিক্ হৈবা মীনা হায়বনি হায়বসিদা হেক্‌তা ময়াবা। অপঙ্‌বশিং অসিদা তৌবগুম্ মাগী নম্থাক্ ঐঙোন্‌দসু তৌবা য়াগদবোই নিংবমান্নে। মৈবু ফিনা কৃপ্‌তুনা থম্বা য়াদবগুম্ জুগোল্ নহাক্কী গোদো থঙ্‌লোইদবোই নিংবরা? অফবা মী শাশিন্‌নহুনা হৈবোং মগুংদা তৌল্ চঙবগী থবক নংনা তৌরি। ঐগী কাদা য়েংলবদি নথরায় মাচজবত্তনি। কেশো নংতনা কেতুকীবু লৌনবা মী পোকৃতরি। অহুবু জুগোল্, নংনা ঐঙোন্‌দা খুরৌ থাংলবনিনা পীকৃলবা নাকেক্ মচা অদো মগুং মরি তাবা তাইদো। তিংখং য়ুরবদি হন্‌দোকৃপা মশানা তাই। হ হ হ ...... (নোকৃপা)

(লাইরিক্ তম্বা চৎলুবাঅহল্‌শিং রারী শানহুনা হল্‌লকুই। কেশা লম্বীগী মতাইদা থৈথরগা তুমিন্ অমম্বদা কম্‌হুনা নৈ।]

অহল্ ১ — শাজোগী মগুনিপা জুগোল্ হায়বা অঙাংসে অফবা মীনি।

অহল্ ২ — অচুম্বনি তাদ, অফবা মী হায়বসিদি অঙাং ওইরিবৈদগী হেক্‌তা পীথোরকপনি।

অহল্ ৩ — অহুবুদি থায়নগী ইপা-ইপুনা অঙাংদি নিংথাদা থঙ্‌ভি হায়নরিদনা।

অহল ২ — মানা ফবনা চসি অহল্ ওইরবা ঐখোয়না মানা

হায়বদা য়ানিংলি। মা নংলমদরবদবু ঐখোয়বু ঙসি ইমিংদা ওইরবস্থ ইবা ঙম্লিবসি ঙম্লম্গদরা ? তাদ শাজোগী মরাইবক্ ওনথোক্না ফখরবা ঙাংনি। অঙেব্রা মগুনে।

অহল ১— থাজদেদনা মপাগী মচানি হায়বা। তাদ শাজোনা য়োক্লম্বগী ফবনি। নংতহ্না মপাগা লৈমিন্নরম্বা তারবদি অস্থক কখরবা অঙাং অসে মাঙ্লম্গনিদা।

[ অহল্শিং ব্রারী শানা-শানা চংখি। কেশো তপ্না হৌগংলি। চংখিরিবা অহল্শিংহ্না উশিং হঙইদবা মীংয়েংনা য়েংহৌই। ]

কেশো— হে-হে হন্থবা অপঙবশিং, থাগংলেদা নখোয়না থাগং-লিবসে। নখোয়গী থাগৎনফম্ ওইরিবা মীশক অদো কেশোগী কাঙ্জৈ অসিগী কাঙদরুম্ ( কাঙক্রম্ ) নি খঙদবশাই। স্থংঙাইরেদা সৈতা ( সত্য ) ! ফনহুম্ ত'ন্ চায়! আদা অমম্বদা লাক্লিবসি জুগোল্ ওইরিনি। কাঙদরুম্ হোন্‌না তারেদনা।

( কেশো লম্বীগী নাকন্দ হনদোক্লগা মমায় লৈথোক্তুনা লৈ। চাওতোন্ লাক্ই। মনাক্ নক্শিল্লক্লবদা কেশোনা চাওতোন্বু মূন্না য়েংই। )

চাওতোন্— কনানোনে অমম্বসিদা লম্বী ময়ায়দা লেপলিবসিবু ? নংবু রাবৈরা ? নংতরগ তোমাল্লা ? য় ঙাওরিবরা ? থুম্মুনে, কনানোনে ?

কেশো ঐনি ইপু।

চাওতোন্ — ঐনি হায়ববু কনানো ? নংতে, নংবু কেশোরনে ?

কেশো — মান্নি ইপু ।

চাওতোন্ — নংদি সিদা কৈদৌরিবা ?

কেশো — হরা চারিবনি ইপু ।

চাওতোন্ — হরা মচা চুম্দে ইবো । ঙাওশিনব্নমুদা । নমা লুখরাবীগী থবক-ইন্থাং মতং থরদি পাংবিগে হায়দরহুনা অমম্ অংথঙসিদা করি তৌরিবনো ? চংলু-চংলু, নয়ুম্দা হনজিল্লু । ঙাওশিন্নবা হায়বসে কংতংকা ।

( চাওতোন্ চৎখি । )

কেশো — হাই-হাই, ঙসি ঐ শোয়রম্গনিদা । জুগোল্নি হায়হুনা ইপু চাওতোনগী মকোক থুগাইরম্গদবা থজিকতা য়াৎলি । খোম্নিংমনথরহুনা খুৎসি মরেঙ-মরাঙ হেক চৎপা । য়েংহৌদনা পোন্লম্লবদি করিনো তৌরম্গদৌরিবসিবু । আদা মী অমত্তু লাকলে । মসিগু ওইরম্দহুনা । ওইবু ওইরম্লবদি হে হে, কেশো ইতিক খঙহনগদৌরিবনি ।

( জুগোল্ লাকই । )

কেশো — ( মুননা য়েংলগা ) ঙাইখো জুগোল্ ।

জুগোল্ — কনানো ? ওঃ কেশোরা ?

কেশো — মাননি ।

জুগোল্ — করিনো ?

কেশো — করিনো হায়বদি ?

জুগোল্ — ফজনা ঙাঙনসিদা কেশো । মুংঙাইতবা য়া নৈরবশু ফজনা চম্শোকনস

কেশো— ফজবা হায়বদি ? খঙলবরা

( কেশোনা কাওইজনা জুগোল্গী মকোকতা কননা পোমই ।
জুগোল্ মকোক ঙাওহুনা তুই । মকোক্ কায়হুনা ঈ
থোক্ই । )

কেশো— খঙবরা জুগোল্ ? কেশোগী কাদা য়েংলবদি মকোক
কায়বা মশানা তাবনি । ঙসিদি মকোকতমক কায় রবত্
নরাইবক কৈ । মতুংদা কেতুকীগা করিগুম্বা মরী লৈনবগী
পাও কংলবা নথরায় অদো মাঙলবনি খঙজো । লাইরিক
হৈ হায়হুনা কেশোগী থুংতগী নথরায় কনবা রানা থোককনি ।

(কেশো য়াম্না উশিংথওইদনা ঙ হুলময়ংগা চৎখি ।
জুগোল্দি মতুম্ রানথহুনা লৈহৌই । )

[ তপ্না তপনা ফিজঙ্ হাইজিল লকই ]



# অনিগুবা তাংকক্

## ১বা উৎপা

### শাজোগী মুমঃ— মাংগোল

( জুগোল্ চৌকি অমদা কম্‌থুনা লৈ। অকায়বা মকোক্তা কি য়েংলি। মবেন্‌বোক্ অহনবী ইমুংদগী থোরক্‌ই। মগুনিপাগী মনাক্তা লেপলগা য়ারী শাই। )

অহনবী— জুগোল্, নকোক্তু থরদি য়াংলবরা?

জুগোল্— ঐ অবোক্, থরা করে। করিস্থু তৌররোইদা।

অহনবী— নংতে, নংবু মশক্ শঙহোদরবরা? নংবু কনাগী করি মুংঙাইনদবা লৈবগে?

জুগোল্— তোজসমু অবোক্, মাগী-মাগী ধরমা ( ধর্ম্ম ) নি।

অহনবী— করিনোনে নংনা ধরমনি হায়রিবহুবু। ধরমনি হায়থুনা শিবা তারম্লবদি কম্‌দোবা তারি?

জুগোল্— অবুঙ্ অবোক্, ঈশোরনা চানবীগুনা শিবমক্তি শিহৌদরে। মসি ঐগী লাইরক্ ফবান।

অহনবী— নংনা নপুকচেল্ চম্মীবা। থুল্ অসিদা নংবু করক্-করক্ য়েংশিন্‌বা মীনা মরোন্ অমা। মতুংদা অমুক্ তৌবীরক্‌কদরা হায়না অবোক্তি মুংশা থীরে।

জুগোল্— করিগী পঙফু হেক্ ফবা য়াবরা অবোক্। গিয়ান্ তাদহুনা তৌরিবনি। গিয়ান্ তারবা মতম্‌দা মশা মতোম্তা মরাইনা ইকাইজরক্‌কনি।

( কেতুকীগা তমুবীগা লাক্‌ই। কেতুকী গিলাস অমদা জুগোলগীদমক্ শংগোম্ পুরক্‌ই। )

অহনবী— ইশু অনি লাক্কুলিবরা? চঙলকৃউ-চঙলকৃউ। করি

থবকৃকীনো ? চুম্না চৎথোরক্পরা ?

তমুবী— অবোক, ঐথোয় তামো কমৗদোরবগে হংবা লাকপনি।

অহনবা— তু, নং-তামো সিদা ফম্মীবসিনি। থরদি ফরে।

জুগোল্— চঙলকউ। ঐ করিস্তু খোইদোকপা তৌদরেদা

কেতুকী— তামো, কয়াম্ থীনা শোকলবগে ?

জুগোল্— করিস্তু য়াম্না শেকতেদা।

কেতুকী— ( অহন্বীদা ) অবোক্ সে শংগোম্। ঐথোয় ইপুখোকনা তামোনা চানবা পুথো হায়দুনা পীরক্লিবনি।

( অহন্বীদা শংগোম্ গিলাসতু পী।

অহন্বী— ( গিলাসতু লৌশিল্লদুনা ) করিগী পুরকলিবনো ?

পুরকতরবস্তু য়াবসিদা

তমুবী— অহব্ অবোক্, তামো পীজনিংদুনা তৌবনিদনা।

অহন্বী— ফরে ফরে, পীজরবনিনা চাবা তারে। নং-তামোগা রারী শাহো। অবোক্ শংগোম্সি থম্জিল্লুখিগে।

( অহন্বী শংগোম্ থম্জিন্বা চঙখি। )

কেতুকী— তমো, মী মশক্ খঙহৌদরবরা ?

জুগোল্— খঙবা-খঙদবা করিবু কান্নগবনো কেতুকী।

কেতুকী— করি মলোম্ লৈনবগে ?

জুগোল্— মপুক্নিংদা হুংঙাইতবা অমবুদি লৈদুনা ফরিবনি। মশকস্তু মুন্না খঙডি। নোংমা তান্জা চাবা অমদা মাগী চিংনবা হুংঙাইতবদো কোকনবা চমথোকনরগা লোইরে।

তমুবী— মীশকতুবু কনানো তামো ?

জ.গোল.— মীশক্ অদো ঐঙোন্দা হৌগনু। ঐ ইত্তোম্তমক্ খঙজগে। মসিগী রাসি হৌদোরক্লগনুদা। অতৈ অতোপপা রারী শাসি।

তমুবী— খঙবেনে, তামোনা চম্লিবা মীশিংনা মবুক্ ফংনদরিবা।

জ গোল.— গিয়ান্ ভাবা রাংপাদগী ফংতরিবনি। মখোয়নবু গিয়ানতাবিহুনা অমতা ওইনা লিংজেল্ মানননা ঐনা খুল্ অসিগীদম্ক পাঙথোককে নিঙলিবা থবক্শিংসিদা মতেং পীবিরবদি ঐখোয়গী খুল্ অসি থুনা চাওখৎকনি। অহুগা ইচনশা, নখোয়গী মতেংসু চঙদবা নৎতে। কুপী নিপা অমতা ওইনা থোং মাননন্না চংমিননরবদদা থবক্ খুদিঙমক্ থুনা মইহে য়ানগদবনি।

কেতুকী— ঐখোয়বুদি তামোনা য়াও হায়রিবমখৈ য়াওগদৌরিবনি, তৌ হায়রিমখৈসু তৌগদৌরিবনি।

তমুবী— লৈবাক্ পোপাং পু হায়রবসু পুদৌরিবনি।

জ.গোল.— পুগদবনি। ইশাগীবু ইশানা হোংনজদরবদি কনা লাক্তুনা হোংনবিরগনি। ইশাগী খুল্ অসি শেমগৎপদা থুনজা ঐখোয় পূল্লপ থৌদাং য়ামিন্নগদবনি। মুপী-অঙাং নহা-অহল. খায়দনা চোংথোক্কদবনি। ইকাই-ইকি, অচোপ-অরেম্ থাদোক্তুনা ইশাগী, ইজাতিগী, ইরৈবাককী চাওখৎনবা হোৎনবদা মপুং ফানা শরুক. য়াগদবনি।

তমুবী— ঐখোয়দি থবক. খুদিঙমক.লোইনা য়াওনি। তামোনা নিপা মখৈগী লমজিংবা, অহুগা কেতুকীনা মুপী।

**কেতুকী**— ( ইকাইরপ তৌনা ) ইবেম্মা, নং হেক্ ওইজৌ লমজিংবদো।

**তমুবী**— ঐদি করিগী ওইদৌরিবা? নংনা ওইফম্ থোক্‌এ ইবেমমা। লাম্বা-লাম্বানি।

**জুগোল্**— ( নোকতুনা ) নথোয় অনি খংনরক্‌কনুকো। ঐ থাম্বকা ভম্‌লোই।

**তমুবী**— ঐদি মী খংনবকা হৈজদে। অচুম্বদবু হায়জবনি।

**কেতুকী**— তামোনা করিগু থোইদোক্‌পা তৌদরবনিনা হল্লসি তমুবী।

**তমুবী**— হোয়নে কেতুকী, অনাবগী সেবা তৌগে লাক্‌পনি। অনাবনা ফরম্লবনিনা হনবা তারেদনা।

**জুগোল্**— ফরে, হল্লো। হয়েং তোপ্‌তুনা নারবা মতম্দা শেবা তৌহন্নবা পাও চেল্লকপা হায়জুনিদনা।

**কেতুকী**— অদুদি তামো, ঐখোয় হল্লগে।

**জুগোল্**— হল্লো-হল্লো।

( কেতুকীগা তমুবীগা চৎখিগে তৌই। অহনবী শংগোম্ হাপলক্‌পা গিলাসতু পুদুনা ইমুংদগী থোরক্ই। )

**অহনবী**— ইবেম্মহোয় হল্লগেরা? সে গিলাস কাওরমগনি পুথরো

**কেতুকী**— হৌজিক্মক পুদরবসু য়াবসিবু অবোক্।

**তমুবী**— অবোক্, গিলাস অদুদি শংগোম্ চাবা মীনা লৌরগদবনি

**অহনবী**— ইবেমমা, শংগোম্দমক্ চাগে। সে-সে।

( অহনবীনা গিলাস পী কেতুকীনা লৌই। )

কেতকী— অহুদি অবোক, হনজরগে।
অহনবী— করে ইবেম্না।
[ কেতুকীগা তমুবীগা চংখি।)
জগোল— অবোক,। ইপুবোকনা চংখিবহ্ কদায়দনো?
অহন্বী— থঙদে ইবুংঙো, কনাদবু চংখরিবনো?
জগোল— ইসকুল্ শঙগাবগী মরম্‌না ইপুবে'ক্‌কা রা তাননিংবনি। ঙসিসে ইম্‌ফাল্‌সু চংনিংবনি। অহুবু ঈ য়াম্‌না থোকমনখিবনা কোক্‌সি ঙাওরি-হাওরি তৌই।
অহনবী— চংলু লাকলুখিনু ইবুংঙো কায়রিবা নকোক্‌তু খরা নিংথিজনা কহনখো।
( রাবৈ লাক ই )।
রাবৈ - ( খুরম্‌লগা ) অবোক্!
অহনবী— করিনো রাবৈ নংনা লাক্‌পদি?
রাবৈ ইবুংঙো মকোক্‌কায় হায়রিবহ্ কয়াম্ থীনা কায়রিবনো?
জগোল— অহুক য়াম্‌না শাথীনা শোকপ নংতে পাজী।
রাবৈ— ইচাবু কোক থ্‌গাইরিবা মীহুদি কনানো? ইপা অমুক লমন খুমগে।
জগোল্ করি কানগবনো পাজী। তুমিন লৈবনা করে।
রাবৈ— করিগী তুমিন লৈগদোরিবনো? মশক থঙহৌরবদি হায়যু। ইপা থীক তৌগে।
জগোল— তৌবিয়সু পাজী। খুল্ অসিদা লৈবা মী খুদিঙমক ইপা ইচা ইচিন ইনাও ঙাকতনি। করিসু কাননদবদা

খোঙথাং অমতদা

ঐখোয় ইশেল্ ফুন চৈনবনা খুল্ অসিগী চাওখৎ খোঙথাংদা অপনবা ওইনবনি।

রাবৈ— মহু ইপা য়ানিংদে জুগোল্। নংতে মীহুবু কেশো নংতরনে? মহাক্ ওইরবদি ইপানা মঙকশম্ পায়হুনা অমুকতং নিকপদা মচীন চুম্গনি। হায়ল্ল ইপাদা, নোংমন্থু মানা ইচাদা নাওরীনা কাপকে তৌরম্বা ইপানা থেংনরুরবনি।

জুগোল— পাঙ্গী, কেশো ওইরম্বা য়াই, নংতরগা অতোপপা মী অমা ওইরম্বন্থু য়াই। মসিগী রাসি তোক্লসি। মলোম্কা তৌনহুনা তৌবদো নচাদি শুকপাম্ পাম্জদে।

অহন্বী— রাবৈ, তোকও। ইশুগী মমোন্না পাম্দরবদি তৌরুরন্থু।

রাবৈ— ওনথোক্পা অঙাংনিদা। ফরে, নংনা য়াদরবদি ইপা চৎলে। চৎচরে অবোক্।

অহন্বী— চৎলো চৎলো। রাবৈ নংগী ঙাওশিন্নবহুদি হুল্লোকো গিয়ান তারো।

[ রাবৈ থুমম্দনা চৎখি। ]

থাওমৈ মুৎপা

## ২ শুবা উৎপা

### লমৰী

( কেতুকীগা তমুবীগা সনাবুন অমমম্ পায়রদুনা ঈশিং শোক্পা লাক্ই। তমুবীনা মাঙ থাই। কেতুকীনা তুং থংঙি।)

**তমুবী** — খরা থুনা লাক্ওবা কেতুকী। ওনথোকনা তপনা চৎথরে। তামো জুগোল্ মকোক্ কায়রে হায়দুনা চিনতা তৌরিবরা?

**কেতুকী** — ইবেম্মা, নং অমা নচীন থীখরে। চিনতাকা অমতা তৌজদে।

**তমুবী** — চিনতা তৌদরবদি কৈদৌরিবা? নখোঙডুবু থাংগুম্ থাংদগুম্ খরা কননা লাকপা য়াদরা?

**কেতুকী** — লাকলিবসিদি ঐমু, মসিদগী কয়াম্ কননা লাকউ হায়বগে ইবেম্মা, নং অমা মতাং চারে হায়দুনা পঙডাঙদা ডাঙডিকো।

**তমুবী** — হোয় ইবেম্মা, ঐবু চীনথীবী তাহললো ঐদি নংনা তৌবদুদবু হায়বীবনি। নংগী থমোয়দা মুংনাংঙিবা মুংঙাই-তরিবদু খঙডোইদবোই নিঙবরা?

**কেতুকী** — তমুবী, নং অমা মী লঙনবা ওনথোক্না কনখরে। ইতং-হেক তংতনা নংনা ঐবু লঙনরিবসিবু করিগীনো? শাওনিংঙিকো।

**তমুবী** — অচুম্বা হায়রবদি শাওনিংবা হৌনশ্যানি ইবেম্মা। খঙলব-মকতদা করিগী লোনথুপ লোনজানরিবনো? লঙনজররোই লাকও খরা থুনা।

( কেতুকীগা তমুবীগা ঈশিং শোক্পা চৎখি। ভুহাক লৈরগা

কেশো লাক্‌ই ।)

**কেশো**— হৌজিকপু ইমান্‌নবা অমতম্ভু হোৌহৌদে। তান্‌জা অসিদি ওন্‌থোকনা নান্‌থোক্‌তুনবিংথিদরেদা। ঈশিং শোক্‌পা হল্‌লকপা অসিদা রা অমা অনি ঙাঙ্‌নরগা য়ুম্‌দা গোরোং চিংশিল্‌হোরবদি কয়া ফগগদসে। নহান্‌ নোংমা ইমান্‌নবা খোম্‌তুনা ঙাইরে, মী তাল্‌লক্‌ থোক্‌ততুনা ঙমহৌদরে। ঙসিদি নিপামচাগী থৌদাং য়েংবা তারে। তাল্‌লক্‌ থোক্‌লঙৈসিদা ইতোম্‌তা হেক্‌তা চিংলগা লোইরে। মখোয় অনি শুরবম্ভু ঐ নিপানিদনা। চীন্‌ফেন ফবী কেতুকী ঐগী রারক্‌-চৈরাক্‌ মথাদা থম্‌তুনা কেশোবু মশক খঙহন্‌বা তারে। অতুদগীদি কুইদরেদনা জুগোল্‌, কল্‌লক্‌ পেন্‌গদবা। হ হ হ (নোক্‌ই।)

(তোমাল্‌ লাক্‌ই।)

**তোমাল্‌**— হায় কেশো লম্‌বী ময়ায়দা নোক্‌-খেরতুনা ঙাওশিন্‌নরিবদি করিগীনো? ঙরাংগী ঙথা অঙাং মচা নখোয়না ঙাওশিন্‌নরিবনি হায়তুনা খুল অমতদা লৈমিন্‌নবা নচন্‌-নচে লঙনবনা নঙোন্‌দা করি তোংজৈ? নখোয়গুম্‌বসিনা ঙাওশিন্‌নরিবনি হায়তুনা মথোং-মরম্‌ ইথঙ্‌ খঙদরে। খঙজোনে ঙাওশিন্‌নবদা ঐখোয় পাবিনিংঙাই লৈতরিবনি; ঙসি ফাওবদা তনদরিবনি। অতুবু নখোয়দোনা মুপী অঙাংদদি লম্‌ হেন্‌দে। ঐথে য়দি ঙাওশিন্‌নরবম্ভু ইজৎ [ইজ্জৎ] অমদ ঙকনা ঙাওশিননরিবনি খঙলবরা? ইশা ইতোম্‌তা য়ুদবু ওইরবম্ভু জুরারদবু ওইরবম্ভু।

মুপী নহাদা চগৎ-চগৎ তৌবকাদো ইজৎ লৈতবনি। অহুগুম্বা থবক্তা লম্ হেনজমু। হায়বদা য়াদহুনা লম্ হেল্লবা শিঙ্গনি অঙাং।

( তোমাল্ কেশোবু থরা ভাঙলমল্গা চৎখি। )

কেশো— হে-হে, ওন্থোক্নমু ভাঙলেদা। লৈকাইগী থুরানি মামনি হায়হুনা থরা বেভার (ব্যবহার) তৌবসিদা ওনথোকনা উশিৎতনা ভাঙথরে। কৈদৌনি ভ'ঙ:ঙ্গো। তুমিন্, চৎথরগা তৌনিংবা থবক্ হেক্তা! ঐ কেশোনিদনা। থরা ভাঙলম্-লগা চংখিবা ফনহুম্ কৈ। তান্ঙ্গা চ'না চংখিদা। মীনা মুংশিদরবমু লাইনদি চাল্লিদনা। সৈতা, লাইবক্তি ফরি।

( কেশো তমুবীগা কেতুকীগা হল্লকপা ভাইহুনা লৈ। তমুবীগা কেতুকীগা ঈশিং শোক্লুরগা হল্লক্ই। )

কেতুকী— তমুবী, কৈ লৈবা মকম্দদি মুমিং ত.গল্লি হায়। মম্খিদৌরে, থরা থুনা চংসি।

তমুবী— হোয়নে কেতুকী, কিজ্জে। শা'হং চাবা কৈসে মীমুংশি কয়া খঙগনদে।

কেশো— কিরুমুদা ইচনশা, ইবুং হেক্তা খিনবীগে।

তমুবী— কৈদি লায়বহুনা লম্হূইনা হেননবু কি ঐদি। লমহূই লৌশিং তরাইনা খনগমু হায়না অহল্লশিংনা হায়।

কেশো— তৌমুদা তমুবী, খঙলোই হায়না খঙশিন্নদবনি। নশাগীমু থরা মথল্লু। চীন্ পাল্লি হায়হুনা প'ঙভাঙ্ ভাঙবহুক্তি

ফৎতে। নশা নৈশাবীনি।

তম্বী— ঐনা করি হায়জখরবগে ?

কেশো— হায়দে-হায়দে। থুনা নয়ুম্দা চৎখরে। কেতুকী নংদি ঐগা রা খরদং।

কেতুকী— হায়বীগদৌরিবা রাদো তাজনবা নাকোং পানজদরে। রারৌবীগনু।

কেশো— অদুবুদি পালুলি-পানদে খঙগদবা ঙহাক্তা মঙায়রে।

কেতুকী— খঙবীহৌরো অদুম্, চৎলসি তদুবা।

( তম্বীগা কেতুকীগা চৎকে তৌই। কেশোনা লম্বী থংনি। )

কেশো— চৎপা য়ারোইকো; ঙাইখো হায়রিবসিনি। সনাবুনদগী ঈশিংত্থ হৈদোকউ।

তম্বী— ঙাওশিননমু তা-কেশো খওইনা শেকলুরিবা ঈশিংবু হৈদোকউ হায়রিবসিবু করিনো ? নবুক্তু য়েক্পরা ?

কেশো— নংশা চোৎকনি হায়বীবনি।

কেতুকী— কৈদৌদোরিবা ?

কেশো— চিংদৌরিবা। নশানা য়ানা চৎকে হায়নরা ? নৎতরগা চিংঙু হায়রবা ?

কেতুকী— ঙাওশিননমু।

কেশো— ঙাওশিননমু হায়বনদি য়ারোই। হায়য়ু, নশানা য়ানা চৎকেরা ?

কেতুকী— করি কানুনবগী ফাগী তৌরিবনো ? চৎলগেবা, ঈশিং

অশেংবনি, শোক্কনি।

**কেশো**— মতাং অসিদবু ফাগীনি থনবরা ?

**তম্বী**— ঙাওশিন্নবুকো তা-কেশো। ইতৎ হেক্ তৎতনা নংনা ঐথোয়দা ঙাওশিন্নরিবসি করিগীনো ?

**কেশো**— নংবুদি ঐনা থাম্দে. চৎখ্রে। কেতূকীদি ঐথোয় য়ুম্দা।

**কেতূকী** খুল্গী ইবুং অমনি হায়তুনা লৈরগা অতুম্না লম্চৎ নাইদবা অতু তৌবীবু।

**তম্বী**— অওইবনিকো তা-কেশো. কা-হেন্না ঙাওশিননরবদি মী তাকচনি। চৎলসি কেতুকী।

(কেতূকীগা তমুবীগা চৎকে তৌই। কেশোনা কেতুকী চিংগে তৌই। ইথঙ-খঙহৌদনা তোমাল্ চঙলক্ই। কেশোদা থীনা চৈ। কেশো খঙতোক্ তোক্ই।

**তোমাল্**— কেশো! নং অসে মীরা? নৎতরগা শারা? খুল্গী নচন্ অসিদা নংনা ঙাওশিন্নরিবসি করিগীনো? করি ফজবগে? নশক্ অতু চিংনতুনা ঙসাইমথৈ লোৎতুনা য়েংলিবনি। খুল্ অসিগী অতৈ অঙাং নংদোনা কনা তৌই। নংনা অসুম্না তৌবসি থেংনবা হৌজ-থেংথাং কন্না শুরবনি। খরা ঙাঙলগা তোকপসিদা নং য়াম্না উশিৎতরে। নমা লুখরাবীব ব্রাবদো নংদি করিমত্তা উদেনে। ইনদোন্ অতুনা ব্রাব্রৌখিনি হায়তুনা ফুবীদবনি। ফুনিংবদি খুৎ অসি মরেং মরেং চৎলবনি খঙজ্রো, ঙসিনা থদোক্পীবা অরোইবনি। মতুংদা অমুক্

থেংনরবা নখোঙ-নখুং থুগদক্পরা, নমায় থুগাইবরা অমদি শোয়রোই। (লৈশাবীশিংদা) মুপীমচাশা! চৎলু খুরা নয়ুম্ ফাওবা খিনবীগে। (কেশোদা) নতিক্ থোক্লগা ঐগী ইমাঙদগী অহুক চিংলোরাও হায়বা। শক্তাথীসিদি।

(তোমালনা তুং থংলগা লৈশাবী অনিনা মাঙ থাহনা চৎখি। কেশো শাওনা লৈহৌই।)

## থাওমৈ মুৎপা

## তবা উৎপা

### ইসকুল্গী লম্পাক্,

[ মতম্—অহিংনি। মীচিক্ মীরাওখোন্ তাদরে। কেশো মতোম্তা তুমিন কি য়েংপা চৈ অমা পায়রগা লাক্ই। মতোম্তা রা ডাঙনা ডাঙনা কুরিংথাওদগী মৈথেং লোথোক্লগা চৈদা য়েংলিবা কি অহুদা মৈ চুই। ]

**কেশো—** ঙসিদি কেশো কনানো হায়বা খুনজা পুম্বা খঙলনিদনা তোমাল্ হায়বা য়ুথক্পা জুরারয়ালা মানসু ঐডোনদা অয়েংপা পীরি। খুনজা পুম্বনা ফৈ-ফৈ থাগৎনরিবা জুগোল্গী মঙ ঙসিদি মঙফাওনহনরা তারে। খুনজা অপুম্বনা হয়েং শঙ কাগনি হরাওনরিবা ইসকুল্ ঙসি ঐনা হরিবোল্ লাওহনা মৈ তিক্থোকপা অসি ঙায়দনা। হৌজিক্তি ঐনা ঙম্বরা মখোয়না ঙম্বরা খঙলগনি। মতম্ চঙনা শেল্ তিংনা হোৎনজবা ইসকুল্ হয়েংদি উৎকী মপৈ ওইনা মরাইনা

উজ্বধ্বনি। জুগোল্গী হোৎনজমন্ উৎকী মপৈ। উৎকী মপৈ!! হা হা হা...... কেশোদা য়েংপা, কেশোবু মশক্ খঙদবা খঙহল্লগে। হা হা হা... ......।

[কেশো নোক্লহুনা মৈয়াহু পায়রগা ইসকুল্দা মৈ চুগদবগী চংখি।]

কেশো – [মন্নদা] হা হা হা... (ইশি শিনা নোক্তুনা) চাকলে-চাকলে, মৈরী ফনা চাকলে। ওরং-ওরং চাকলে। হা হা ......

[খুনজা ময়াম্ ইসকুল্ মৈ চাক্পা খঙনরক্তুনা কোইলাও লাওনরকই। কেশো মৈয়াহু হুনদোক্লম্লগা চেন্খোরকই অতুগা মায়কৈ অমদা থ্না চেন্খি। খুনজা অপুম্বা চেল্লকই। ঈশিং বাল্টিনরচিংবা পুরহুনা মৈ কননবা মহৈ-মহৈ কোয়চেন্ চেন্নৈ। জুগোলস্সু চেল্লকই। মায়কৈ অময়োম্দগী চাওতোনস্সু চেল্লকই।)

চাওতোন্ (জুগোলবু খাম্হুনা) ইবুংঙো, নংদি কোয়চেন্ চেন্বা য়াওগনু। নকোক্তু ঈ হোৌগনি। ময়াম্না মরাইনা কনজনি মুংশা থৌগমুদা।

(চাওতোনস্সু মৈ কন্বা চেনখি। তোমালস্সু চেল্লকই।)

তোমাল্ জুগোল্ নংসু চেল্লক্লিবরা? য়াও-লাককমু। ঐখোয় তোৌগে।

(তোমাল্ অমুক্ চেনখি, শাজৌ চেল্লকই।)

শাজৌ – ইহে, ইবুংঙো নংদি কৈদৌনা য়াওরিবনো? য়ুম্দা

লৈরুচো চংলো, ময়ামনা মরাইনা কন্নবা হোংনজনি ।
চাকখরবস্থ অমা অমুক্ শাহ্ ঙায় । য়ুম্দা হন্জিল্লো ।
(শাজোম্ম মৈ কন্বা চেন্খি । মীয়াম্ পূম্নমক ঈশিং
পূ-পুহ্না হংগং-হন্দা চেল্লি । জুগোল ময়ামগী তৌরিবা
মতৌ অমদি মৈ চাক্লিবা ইসকুল্ অহ্ রা মচেং অমতা
ঙাওদনা তুমিন্ য়েংহ্ন লৈ ।)

থাওমৈ মুংপা ।



## ৪ শুবা উৎপা

### শাজোগী থুমঃ— মাংগোল

[ খুল্গী অহললোন্শিং মথং-মথং লাকৈ। মখোয় মশেল ইসকুল মৈ চাক্খিবগী মরম্দা ৱারী শাই। ]

অহল্ - ১— মুংঙাইতেদকো সৈতা, ঙসি শঙ কাগদবা ইসকুলবু মৈ হেক্ চাক্খিবসিদি।

অহল্—২— ঐখোয়গী খুল্সিদা কৎতবা মী থরা লৈরিয়ে। কল-লক্তুনা মৈ থারিবনি।

অহল্—৩— তোমাল্না মীশক্ খঙডি হায়য়ে। জুগোল্গী মপা রাবৈগা মখোয় অনিনা ফারগা পুরক্কনি হায়রম্মীনে।

অহল্—২— হোয়নে, ঐঙোন্দসু হায়রম্‌ই। রাবৈনা খুরা ইসকুল মৈ থাবা মীশক্তু ফারগা পুরক্কে, ইকুবোক্খোয়দা ময়াম্ থরা তিনবীরম্ড হায়রম্‌ই।

অহল্—৪— কনানিবু হায়বগে?

অহল্—২— অ— কেশো হায়বা ঙাওশিননথরবা অঙাংহু ওইরমান-নিনে।

অহল্—১— ওইরম্গনি মাই-মচা্হু। হায়দোরক্পদা পকৈ। মমা অসিনা ৱাজরিবা, মানা ওক্তরিবা।

অহল্—৩— শেম্বদা থোক্তরবা অঙাংনি। নৌরিবা অঙাংশিংসে মাগী মতো তম্হনা মাঙবা তারে।

[ চাওতোন লাকই। )

চওতোন্ — ময়াম্ লৈনরম্মে?

অহল্—১— লেঙশিল্লকউ তাদা।

**চাওতোন্**— য়ুম্বুদি য়াওবা উদেদা। কদায়দা ওমনা চৎখরে ?

**অহল ২**— তাদহু কদায়দনোমা চৎখোক্খিবমাননে। অতৈদি লৈরিনি।

( জুগোল্ ইমুংদগী থোরকই। )

**জুগোল্**— ইপুখোয় ময়াম্না ওনতানা তিন্বিরিবসিবু ?

**অহল ২**— ইবুংঙো, নংগী খুরা তোমালহুগা নং-পাজী রাবৈগনা নখোয় য়ুম্সিদা ঐখোয়বু তিল্লম্‌ম্ হায়হনা তিললরিবসিনি।

**জুগোল্**— অহুবুদি খঙজরে ইপু। ঐনা হায়জবদি ইসকুলদি মৈ চাকথরবনিনা চাক্থরে। মসিদা অমুক্ কাদোক কাজিন তৌহনা খুনজা মশেল মুংশিনদবা হেনগৎনবগী মরম্দি নশুদি পাম্বা থরা রাংচৈ। য়েংথিনবা হেনগদবগী শরুকপুদি তুমিন লৈবনা কৈ। তৌরিবা থবকশিং অসি খুন্জা ময়াম্গী কাননবনি হায়বসি মরাইনা গিয়ান তাজরককনি। গিয়ান তারকলবা মতম্হুদা মাঙথরিবসি মহাক মশাগীমু অমাঙবনি হায়বা শোয়দনা খঙজরককনি।

**অহল্ ৩**—ইশুনা হায়রিবহুবুদি ফজে, অহু ওইহুনসু মশক খঙলবদি মতুং মনাও তৌদনবা থরা কিহনবা কৈ। খুল অপুম্ববু উশিং থওইদবা য়াবরা ?

**অহল্ ১**—য়ারবদি থানাদা কোক পীথোকথরগা ঐখোয়গী খুল অসিদা লৈহনদবনা কৈ।

( শাজো চঙলকই। )

**শাজো**— ইচিন-ইনাও ময়াম্ শুনা তিনবিরমলে ?

চাওতোন— ঙনতানা তাধনদি কদোম্দা লেঙথোকলুবা ?

শাজ্রো— ইসকুল মৈ চাকলেদি থঙদবনিনা শঙকারগদবনি হায়ত্থনা ঐগ্যা (ঐজ্ঞা) পুরেনহ্ লাককনিদো। অহ্লগা ওইরে, থংনবা খুল্দগী থাপনগা লাকপহ্ লুংডাইররোই হায়ত্থনা ঙনতানা হায়দোকলুরিবনি। ঐগা পুরেনদি চংকদোরিবনি হায়ত্থনা চাইথববু লোইরমমে।

অহল ৪— করে তাদনা ঙনতানা হায়দোকপীহৌবা।

শাজ্রো— (জুগোলদা) ইবুংঙো, নংকোকতুদি হিদাককা হাপলবরা

জুগোল— হাপলে।

চাওতোল— থরা কংতরিবরা ? করম্ তৌরে ইবুংঙো ?

জুগোল— থরা-থরা তাইশিললে ইপু।

চাওতোন— করে-করে, মরাইনা কঙ্খরনি ইবুংঙো।

( রাবৈগা তোমালগনা কেশোবু পুল্লগা পুশিললকই। )

তোমাল— খুলগী ইপা-ইপল পুম্নমক ঐংথায়না পুনত্থনা পুজরক-লিবসি খুল অসিগী য়েকনবনি।

রাবৈ—ইচাগী কাদা য়েংলবনিনা ঐ অমা মাবু লেম্না থারোইদবনি।

চাওতোন— ঙাইখো ঙাইখো, মচীন অমুকতা হংসি।

অহল ১— মচীন হংবা হংদবা অমুক কংতবা খুলগী মাঙনবা তৌবা অডাং অসিদি থানাদা কোক পীথোকখিবনা কৈ।

জুগোল ইপুশিং পুম্নমক, অডাংনি হায়ত্থনস্থ ঐগী রা লৌবিদবা তৌবিগন্থ। কেশোবু পুললিবসি থাদোক্পীয়্ব। মহাক্স্থ ঐখোয়গী খুল অসিগী মী অমনি। ঐগুম্বা মশু অমনি। মানা কংতরবস্থ থরা রারক্-রাতেম্লগা লোইরে। থানাদা

অমুক পীবা-খোংপা হায়বসি তৌবিয়ু।

রাবৈ— তুমিন্ লৈয় জুগোল, নংগী নকোক্ থুগাইরিবা অহুস্থু কেশোনা নৎতরা? মহুগী মমাংদস্থু নাওরৌনা নকোক্ অহু তমলমলবনি। ঐ থেংনবদগী তোকখরিবনি। হৌজিক্‌না অমুক্ ইসকুল্ মৈ থারে। মানা তৌরিবসি নঙোনদনি থঙলবরা? মাবু লেম্না থাবা য়াবরা?

জুগোল্— পাঙ্গৌ, মীনা ফংতে হায়হুনা ঐখোয়স্থু হেকতা ফৎতবা ওইরগদরা? য়ারবদি ফৎতবা মী অদো অফবা মীশক অমা ওইনবা হোংনবা দরকার ওই।

রাবৈ— নংগী অহুকা চৎনদে জুগোল, ইপাগীদি ইপা-ইপুগী পাওরৌ চেং পুরগা চেং শিং ফৌ পুরগা ফৌ শিং।

তোমাল— কেশো হায়রিরা মীশক অসে জুগোলদদা নংতনা খুলগী মচনমচেশিংদস্থু য়াম্না ঙাওশিননৈ। হনদককী মতাং অসিদদি মহাক ঙাকপীকম্ ইরৈ লৈতরবনি।

চাওতোন— ঐ রা অমা হায়গে। রাবৈ নখোয় নপা-নচাগী রা অহুস্থু তোকলো। মৈ চাকখরিবা ইসকুল অসি খুলগীনি। খুলগী পোৎ শোকলবনিনা খুনজাশিংনা য়ানবা রাদো চৎনবা তাই। থানাদবু পীরবস্থু ঙাকপু ঙাকপীরবস্থু ময়াম্গী রা তারগা লেপসি।

জুগোল— ঐগীদি ইপুখোয় ময়াম্দা কেশোবু থাদোকপীয় হায়জরিবা অসিনি।

চাওতোন— তাধন, তধননা অহলনি। কেশোগী মচীন অমুকতা

হংবিয়ু।

শাজো— ইবো, শা-শল্লমকসু নংত্তে। পুল্লিবহুদি থাদোক্পীয়ুদা।

তোমাল্— ( পুন্‌বা থাদোক্লদুনা ) চেল্-লাক্কচুকো অঙাং, চেল্লবদিনে নথুউকাং কায়জনি।

শাজো— চেন্‌গনু-চেন্‌গনু, হৌজিকৃতি ময়াম্ তিল্লবনি। চুম্‌না চুম্‌না খুমৃউ। ময়াম্ অসিনা ঙরাং ইসকুল্ মৈ থারিবসি নংনানি হায়রিবসি চুম্‌বরা?

কেশো— অচুম্‌বনি, ঐনা থাবনি।

শাজো— অদুদি করিগী থারিবা? ইসকুল্ অসি খুল্‌গীনি। খুল অসিদা নংগী মুংঙাইতবা করি লৈ?

কেশো— থোইদোক্পা মুংঙাইতবা লৈজদে। অপঙবা ওইবদগী থাখিবনি।

তোমাল্- অদু হায়নু অঙাং। নচীনদি হেক থীরদনা। মুংঙাইতবা লৈতরবদি করিগী মৈ থারিবা? খুবাক্না থাজিল্লুরা?

শাজো- ভাইখো তোমাল্। কেশো, ওইদবা ভাঙলবদি কনানসু নংবু মুংশিবীরোই। চুম্‌না চুম্‌না খুমৃউ। নংতরবদি ময়াম্ অসিনা নংবু শোয়দনা থানাদা পীগে হায়রক্কনি।

কেশো - অচুম্‌বনি ঐনা হায়জরিবা। খুল্‌দা ঐগী মুঙাইতবা করিসু লৈজদে। ইরন্‌নাই ওইনা জ্‌গোল্‌গা ঐগা মুংঙাই-নদে। মহাক্কী থবক্ খুদিঙমক্ ঐনা কায়নবা-মাঙনবা শাল্লি। নাওরীনা নোংমা মাগী মকোক্ থোম্‌গে তৌই হায়বদুসু অচুম্‌বনি। অদুগা মকোক্ কায়রিবসিসু ঐনা

থুগাইবনি। ঙরাং অমুকক্তু ঐনা মানা লিংথংপা ইসকুল্নি হায়বা অসিগী রাথল্দা খুনজা পুম্নমক্কী কান্ননবা শাবা ইসকুল শঙস্থু মৈ থাদোকলুরে। মসিদা নংতনা ইচন-ইচেশিংদস্থু ঙাওশিন্নৈ হায়বসি অচুম্বনি। ঐ য়াম্না কংতবা মীনি। ইশাগী ইরাল্ ইশানা য়াজরে। ময়াম্না পীবা চৈরাক্ ঐ কবিমতা শাওজরোই।

**চাওতোন্—** জুগোল্গা নংগা ময়ঙাইনদবগী মরম্দি করিগীনো?

**কেশো—** ময়পী অঙাংগী মরম্দা নুংঙাইনদবানি। অতুব্ ঙসিদগী ঐ নুংঙাইনদবা অতু থাদোকচরে। জুগোল্গী লম্বীদা ঐনা অয়েংপা ওইবা পুম্বা ঙসিদগী তোক্চরগে। ঐ ঙসিদি গিয়ান্ তাজরে। ইরালগীদমক্ ময়াম্না পীবা দনাদি (দাণ্ড) হরাও-হরাও য়াজরি।

**জুগোল—** কেশোনা হায়রিবসি ময়াম্স্থু তাবিরে। মহাক্কী মরাল অসি ঙাক্পীয়্যু হায়না ঐনা হায়জরি।

**রাবৈ—** মতু য়ারোই। লৌল্গুম্ মরৈ অনি লোঙলম্লবদি?

**কেশো—** চুম্ই, অমুক্ন শাক্লহন্বিদরবদি মতুংদা ফনা ফবা থবক্ তৌহুনস্থু থাজহন্বা রায়। ঐনা ইরম্চং ফংতবনা ইশাগী থাজবা মাঙহন্জরে।

**শাজো—** ইনাওশা ইচাশা! ময়াম্গী করি রাই তাসি হায়বা?

**চাওতোন্—** ঐগী রা অসি ময়াম্ অমুক্তা তাবিয়ু। ফনা ফংতবা মী ওইহুনস্থু কেশো থুন অসিগী মীনি। মশানস্থু মরাল্ পুম্বা হায়দোক্তুনা নিঙম্দবা কোঙদোক্লি।

পীকম্ খোক্পা দন্দি পীবস্থু হরাও হরাওনা য়ারে হায়রি, অসিগুম্বা ফিভম্ অসিদা মরাপ লৈ হায়ত্নস্থু ঐখোয়না মাবু পভলাক্ লাক্নবিবা হায়বসি কৎতে। মাপা মুংঙাই-নদরিবা ইবুংঙো জুগোল্ মশানস্থু কেশোবু ঙাক্পীহ্না থাদোক্য় হায়জরি। অত্নগীস্থু মথক্তা কেশো অসি মমাংদা কয়া অমা ভাওশিন্নরবস্থু খুনজা ময়াম্গী মমাংদা পুথোক্ত্না তৌবা অসিদি ওসিগীসিনা অহান্বনি। অহ্না মাবু ঙাক্পী-রসি হায়বদা ময়াম্গী করি য়ানিংদবা লৈবগে?

তোমাল্— মরম্চৎকী হায়ক্লরবদি ঙাক্পীকম্ থোক্তে খল্লি।

শাজো— তোমাল্, য়াদ-লাক্তবা তৌরগু। য়া শাংথত্না কানন্দে। চাওতোননা হায়রিবা ফিভম্ অসিদা লোই-শিননবা তৌরসি। ময়াম্না করি হায়রিবা?

অহল ৪— করে করে, লোইশিন্বনা করে। ইবুংঙো জুগোল্গা কেশোগস্থু চাননরো। খুনজা মশেল্ খংন-চৈনবা হায়বসি কৎতে। খুনজা মশেল হুৎশিননা লৈবনা কৈদা।

অহল্২—হোয়দা, অত্নম্ তৌরসি। য়ানিংদবা য়াওরবস্থু অস্থুম্ য়ারসি। ইপা-ইচা ঙাকতনি।

জুগোল্— মুংঙাইজরে ইপুশিং পুম্নমক। ঙসি ময়াম্না ঐগী অনিঙবা থুংহনবীরে। চাকচথিসস্থু ইসকুল। খুনজা ঐখোয় পুম্বদা পুকচেল খোইজেল তিনন-চান্ননা লৈমিননবদি অমুক্ অনৌবা অমা শাস্থু ঙায়। অত্নপা মরূপ কেশো, ঐ য়া অমদি হায়জগে। মমাংগী মতম্দা মরূপন্না

ঐবু য়েকনবা অমা ওইনা থনবীরবস্থ ঐদি কদৌঙৈদস্থ খন্খিদরি। হৌজিক্তি মরূপকী থমোয়দা য়েকন-রাখল লৈতরে হায়বসিদা ওনথোকনা মুংঙাইজরে। ঐখোয় ইশেল কনানা কনানো? কনাস্থ খেননদে। অমতা ওইনা খুল অসিগী চাওখৎনবা হোৎনসি। চাওখৎপগী লম্বীদা খোঙখাং অমতদা চৎমিননসি। অপ্নবগী লিংজেলনা পাংগলনি।

কেশো— অচুম্বনি মরূপনা হায়বিরিবস্থ। পুক্চেল কৎতবা মী হায়বস্থ ওইরুবনা শেরাননবা লম্বীদা চংলুরে। ঙসি ঐনা গিয়ান তারিবসি মরূপকী মতেংননি। মরাল লৈরবা মীশক্ অমবু ঙসি মরূপনা ময়াম্গী মকমদা ডাক্পীয়ু হায়না হায়জব-স্থুদা ঐগী থমোয় অসে খাঙবা ঙম্দরে। তশেংবদি ঐ লৌখৎনিংঙাই লৈতনা মরাল লৈরবা মীনি। অস্থুবু মরূপনা ঐবু লৌখৎপীরে। মরূপনা খুল্ অসিগী য়াইক থৌরাং কয়া পায়খৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌস্থনা কৎতবা ইরমচৎকী পরাইচিৎ (প্রায়শ্চিৎ) তৌজগে। ময়াম্না চৎপা চাওখৎ খোঙপাংদা ঐস্থু খোঙখাং অমতদা থাংবা ঙম্নবা হোৎ-নজগে।

শাজো— অস্থু ন-অস্থুনি, ঐখোয় খুনজা মশেল্ খৎনবা য়াবা নংতে

তোমাল্— ইপা-ইপল ময়াম্না রাবৈ ইবানিবুস্থ কৎতবশিংগী মরক্তা অমনি হায়না লৌবিরি। মস্থ হৌজিককি লৌবির-গস্থ। জুগোলনা খুল অসিগীদমকতা পায়খৎলকপা থবকশিং অসিদা ঐখোয়স্থ ঙাওশিননবা তশেংনা ইকাইজরে।

ঐখোয় অনি ভসিদগী য়ু থকপা, জুরার শাননবা তোকচ-রবনি। তোকপদা নৎতনা খুল অসিদা কনাগুম্বনা জুরার শাননবা, য়ু থকপা তৌরবা মতু থিংননবা ঐখোয়না কননা হোৎনগনি।

রাবৈ – ঐবু ইরমচং কৎকে হায়রুনা ইকুবোকনা ইনথোকপীরিবসি কনা কুইরবনি। হৌজিকতি য়ু থকপা, জুরার শাননবা হায়বসি ইশানা কৎতে থডনা থাদোকচবনিনা ঐবু অমুক-ইনথোকপা হায়বসি তৌবিরগনু।

চাওতোন্ – ইবো, নচীনন্না থাদোকলে হায়রগা হেক্ য়াবরা? থবক্তা থডগনি; নংসু তোমাল্সু কেশোসু অতু মডায়। মী খুদিঙমক্ হয়েং হংচিং লম্বী শেম্গদৌরিবা অাসদা লোইনা চাং য়েংগনি। কৈ-কৎতে মীগী মতিঙ খডগদবা কুইদরে। সুমিৎ অসিদা ঐখোইগী খুল্ অসে খোডথাং অমতদা লিংজেল্ মাননবা থাংবরা হায়বতু উবা কংলগনি।

অহল্ ৪ – চুম্ই, হয়েং হংচিং অসি মী খুদিঙমক্ হনুবসু-নহাসু সুপীসু-অঙাংসু লোইনা মশক্ খডনরনি। থেঙনবনি, ভসিদি লোইশিল্লসি।

শাজো – ফরে, ময়াম্ হননবা য়ারে। থবক্ ইনথাং তৌনরু-বনা ফরে।

জংগোল্– মরুপ কেশো, ভসিদগীদি চানন-চিননবা চাওখৎপগী খোঙপাং থাংমিননরসিকো।

কেশো – ফরে মরুপ, ভসিদগী ঐ নহাক্কী থাজবা য়াবা

মীশক্ অমা ওইনবা হোৎনরগনি। ঐ চৎলগে। ইপুখোয় ময়াম্, ঐ হনজরগে।

ফু্গোল— করে।

অহল্ময়াম— করে করে, ঙাওশিনরগকো। ঐখোয়স্ম চৎনরসি।

(ময়াম্ মথং মথং চৎনখি।)

থাওমৈ মুৎপা

---

## ৫ শুবা উৎপা

### লমবী

(খুলগী সোশিয়েল সারভিস। লুপী-অঙাং, নহা-অহল হায়বা নাইদনা থবক শুরি। লৈবাক পোলাং-পোলা হোনছনা লমবী শেমলি। জুগোলনা মকোক ওইনা চিংজনা শুরিবনি। কেশো, তোমাল, য়াবৈ, চাওতোন, শাজো, অতৈ খুলগী অহলশিং শুমনমক য়াওই। লৈশাবী কেতুকী অমদি তমুবীস্ম য়াওই। ময়াম্ শুমনমক অমতা ওইনা লিংজেল মাননবা উৎলি। ময়াম্গী থবক্ শ্বগা ঙান চানা মহুংদগী লুপী নিপা অপুনবগী খোনজেলদা ইশৈ শকই।)

ইশৈ :—

পায়রসি পৌদাং ঐখোয় পূননা
ম্লাইফ-খৌরাঙ অমতা ওইনা।
চাওথং-খোঙথাং থাংলসি ঐখোয়,
খোঙথাং অমত্তদা। চৎলসি ঐখোয়।
কনানা অঙাং কনানা অহল,
কনানা মুপী কনানা নিপা
থায়রোই-থায়রোই, ঐখোয় অমত্তনি।
লিংজেলগী লংলানা চেৎনা পুনগনি।
শেমগনি ঐখোয়না ইশাগী থুনগং,
চাওবংনবা হোংননি ঐখোয়গী থুনগং।
পায়রসি খৌদাং ঐখোয় পূননা
ম্লাইক-খৌরাঙ অমতা ওইনা॥

জুগোল— ময়াম পূম্নমক থবক্ কননা শূনরবনিনা য়ানবম্লগনি। ওহাক্ অমুক পোংথাসি। হৈনৌ মখোঙগী উরুম্দা ময়াম্ পূম্নমক্ পূননা ওহাক্ ফম্বীয়্। চাননবা কয়িগুম্বা থবা থরস্থু য়েনজগনি।

( থুনজা পূম্নমক্ থবক্ থাদোক্তুনা পোংথাবা চৎনখি।)

জুগোল—হো ইপুবোক্, সোম্দা অমুকতা। ওহাক্ পোংথাখিসি।

চাওতোন— ( মহুংদগী ) লাক্লে-লাক্লে, নখোয় পোংথারবলো।

( জুগোল্মু পোংথাবা চৎখি। চাওতোন্গা শাজোগম্ পোংথাগদবগী লাকই। মখোয় অনি য়ারী শানৈ।)

শাজো— চাওতোন্, শেম্লবদি লম্বীসি হেক্ মকজৈ। অসিদবু নুং থারবদি লৈখোম্দি থোকলরোইদনা।




খুনজা পূম্নমক্ খুনগী লমবী শেম্লি।
( সোশিয়েল্ সারভিস )

চাওতোন্— অচুম্বনি তাধন্। ইবুংঙো জুগোল্মক্ নংলম্দরবদি অসুম্ ওইবা কদায়দগী ? মহাক্না লম্ চিংঙনা খুনজা অপূম্বা চাওখৎপগী লম্বীদা খোঙ্থাং অমতা ওইনা চপ্মান্ননা চৎমিন্নবা হায়বদো ওসি ঐখোয়না উবা ফংলেদোসে

শাজো—খুনজা অপূম্বনা খোঙ্থাং অমতদা চাওখৎপগী লমবীদা।

চৎপগা লোয়ননা নংগী নশুমুপী কেতুকীগা ঐগী ইশু জুগোল্‌গা অনিগী পুন্‌সিম্নু খোঙ্‌থাং অমতা ওইনা থাংমিন্‌-নহুনা চংমিন্নবা ওইসমু ।

চাওতোন্‌— মহুগী মুংঙাইবা কুম্‌মৈ অদো তাধন্‌ নং ঐ য়েংথি-সিকো ।

শাজো— য়েংখিদদিকো, খুল্‌ অসিনা চাওথংলক্‌পগা লোয়ননা ইশু অনিগী মুংঙাইরবা পুন্‌সি য়েংদনা শিবা য়াবরা? লাও, ঐখোয় অনি কোন্‌নসি ।

চাওতোন্‌— কোন্‌নসি তাধন্‌ । চাওথংসমু ঐখোয়গী খুন্‌গং । ইশুগুম্‌বা কয়াগী লম্‌জিং মথাদা ইরৈবাক্‌কী খুন্‌গং কয়া চাওথংপগী খোঙথাংদা অমতা ওইন থাংহুনা জাতিগী য়াইফবা পুরক্‌সমু ।

(শাজোগা চাওতোন্‌গা চেজেৎ কোন্‌নৈ ।)

[ তপ্‌না তপ্‌না ফিজও্‌ হাইজিললকই । ]

লোইরবা

---